

নিং তম্বা ভারতকী অরোইবা লালফমদা
য়াইবী থরাঈ কত্তুনা খোংজোম তীর্থদা
শিদবা মিংচৎনা মালেম লৈকোঈ পুংদা
মৈতৈ লৈমগী থাজগুম ঙাল্লিবা অথৌবা।
নতিক নয়াই অচৌবা থংজদা ফাখোমজা
লৈচন চাদবা শিংলেন পরেঙ্গুম লেংজহন্না
থম্মোই শেংনা কৎচবা লৎনবীদা লৌবীয়ুকো !!

কচ্চবা—

এম. বীরমঙ্গল

# "হাঙ্গৈজবা"

পাওনা হাঙ্গৈবা গ্রামা লাইব্রেরিক অসি তাং ১৪/৮/৫৭ ইং য়ুমশকৈশদা মণিপুর গোভর্ণমেণ্টনা পাংথোকপা "স্বাধিনতা সংগ্রামগী চহি চামা শুবা দিবস পালন"গী এরিয়ান থিয়েটরনা য়ান এক্ট ওঙ্গৈনা রূপমহলদা উৎপদা নংনবা হৈজখিবনি।

মথং চহিদা মেজর জেনরেল ৺পাওনা ব্রজবাসীগী লৈথিদবা নুমিৎ তাং ২৩ এপ্রিলদা নিংশিং নুমিৎ পাংথোক্লুনা লিলা অসি মপুং ফানা উৎপা ঙম্মনবা হোৎনবদা মেজরগী মশু ইবুংঙো শ্রীপাওনম যোগীন্দ্র সিংহনা য়াবি য়াখোং অয়াম্বা পিবীদুনা ঐগী ইত্তেং পাংবীবতনা লাইব্রিক অসি হৈজবা ঙমজখিবনি।

অসিগী মথক্তা এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংনা লিলা ওঙ্গৈনা শানবা য়ানবা মওংদা শেন্থীরগা হন্না হন্না শান্নবীদুনা ময়ামতগী মতেংনা লাইরিক অসি ওঙ্গৈখিবনি।

লিলা লাইরিক অসি ফোংজবা ঙম্মবগীদমক মণিপুর গোভর্ণমেণ্ট ইডুকেশন ডিরেক্টরনা মতেং পিবীদুনা মতিক চাদ্রবা ঐনা হৈজবা লাইরিক অসিবু ফোংহনবীদুনা গ্রামা লাইরিকশিংগী মমুংদা মমিংতা ওঙ্গৈরবস্থ য়াওহনবীবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচবগা লোঙ্গৈননা ময়ামগী লমন তোঞ্জরি।

অশোঙ্গৈবা অয়াৎপনা থন্নবা লাইরিক অসি পুকচেন চাওবা, চাওবীশিংনা তাকপিরক্লুনা মপুং ফাহনবীয়ু হাঙ্গৈনা হন্না হন্না হাঙ্গৈজরি।

এম. বীরমঙ্গল

# লিলাদ চংবা মীশকশিং

অমম্বুং

শাখিবা এরিয়ানগী আর্টিশশিং :—

নিপা :—

১। পাওনা — [ মৈতৈ অথৌবা — ও. বীরমঙ্গল সিংহ
মেজর জেনরেল ] —
২। কুলচন্দ্র — মৈতিংগু নিংথৌরেন — কে. জয়কুমার সিংহ
৩। টিকেন্দ্রজিৎ — যুবরাজ — পিএইচ. গুলাপবাবু সিংহ
৪। থাঙ্গাল — মেজর জেনরেল — টিএইচ. ইবোবী সিংহ
৫। য়েংখোইবা — মেজর — শ্রীশ্যামকন্হাই সিংহ
৬। চিংলেন স্না — পাওনাগী পুরুন্নান — শ্রীঅঙৌবা শর্ম্মা
৭। লৈমগী মপা — খুনগী অহল — শ্রীকন্হাই সিংহ
৮। টি. গ্রাহম সিঃ বিঃ— সাহেব লুচিংবা — এম. নিলমণি সিংহ
এ. সমরেন্দ্র সিংহ M.A. অমসুং
শ্রীগৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা M.A. LL.B.
৯। খুমন সুবিদার — ব্রিটিশকী শ্রীমনিহার শর্ম্মা
১০। লম্মন ,, — ,, শ্রীচেতানন্দ শর্ম্মা
১১। লোইশং মচা, হঞ্জবা, লাল্লুপচিংবা, নিংথৌসেনবাশিং, মৈতৈ অনি, অঙম্বশিং, ময়াং সিপাইশিং, পুরুন্নান নহারোলশিং, বামন অমা— এরিয়ানগী আর্টিশশিং

নুপী :—

১। সিজ খুলোন থোম্বী — চিংলেন স্নাগী মমা— শ্রীমতী তোম্বী দেবী

২। লৈমা — মৈতৈ চনু অমা — শ্রীমতী বীনোদিনী দেবী

ড্রেশ মেনেজর — শ্রীজয়কুমার সিংহ
ম্যুজিক ডিরেক্টর — শ্রীদেবকিশ্বর শর্ম্মা
ডিরেক্টর — এম. বীরমঙ্গল।

# ৱাহৌদোক

শকাব্দ ১৭৫৫ পোইন্নু ৮নি পানবা শগোলসেন মুমিত্তা মনিপুর ম্না লৈবাক মৈতৈ পোইরৈ লংদমগী হাওবম লৈকাংদা (কৌজ্কি বাবুপাড়া হাঙ্গৈন খংনরিবা মফম অসিদ) পাওনম তুলসিরাম লাইফম লাকপনা হাওবম মেজর অথোবগী মচানুপী কুঞ্জেশ্বরী লৌহুনা "পাওনা" পোকই।

মিংথোন অসি পাওনম শাগৈদগী লৌহুনা মিঙ্গাঁনথিবনি। অত্তাং ওঙ্গাঁরিবৈদা পলেম পম্থোনা "নাওলসিং" মিংথৈনি। চহি১৭ চংলদা বৃন্দাবন্দ লৈহুনা চহি ৭ থাংনচিংবা মহৈ মশিং তংলুংগা। শকাব্দ১৭৭৮ চহি ২৩ শুবদা হলক্লুনা মৈতিংঙু নিংথৌরেন সার শ্রীচন্দ্রকীর্তি সিংহ কেঃ সিঃ এস আইনা "ব্রজবাসী" নিংথান্দুনা ম্না নাক্ত থমখি।

অহুদগী বরম্বম নিঙোল হেম মালা লু হাংহুনা মচানুপী মঙা চাওবীহন, থমজেং, মনিক, মুমিংলৈ, দমুমতী অমসুং মচা নিপা অহুম শ্রীমান্ত্র সিংহ, শ্রীইবোচাওবা সিংহ, শ্রীতোনস্ন সিংহ পোকই।

শকাব্দ ১৭৭৮ পোইন্নুগী ১৯ পানবা নিংথৌকাবদা মৈতিংঙু নিংথৌরেন্না অকাম হাওলাল চংপদ হাওয়ামনা নিংথৌবু কোঙ্গশন্দুনা ফাগদৌরবদা ব্রজবাসীনা হাওয়াম তানখাঙ্গহুনা নিংথৌবু কনবদগী সুবেদার ফমগা পাথংবা য়েকপা নিংথৌফ ফুরিংকা, জয়পত্র ফিরান থেংপা, ফনলৌ অমসুং মনা লৌনচিংবা ফংই।

শকাব্দ ১৮০৩ কালেনগী ২২ পানবা শগোল্সেন স্নুমিত্তা থাঙ্গাল জেনরেল ১স্নুং ক্রম সাহেব য়াওনা থিবোম্মেদা (কোহিমা) লাল চৎপদা সাহেবপু হাওনা ফাখ্রবদা ব্রজবাসীনা কন্দুনা মনালো ফংই। মতুংদা পোইন্নুগী ২০নি পানবা থাংজ স্নুমিত্তা সোগাঙ্গজাম্ব মেজরগা লোঙ্গননা কবো কেস্তাক থুগাঙ্গবদা মথোনা ফবা ১স্নুং লালদা হৈশিংবগী দমক মনা লৌ ফংই।

মতিক ময়াই চাওনা মৈত্রবাক শিন্ন মিংচংনন পাল্লবদা শকাব্দ ১৮০৮দা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নোঙ্গাখ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ ইংদা মজা ইবুংঙো অহল শ্রীস্নুরচন্দ্র সিংহ "চিংলেন লাম্বাব" না মৈতৈ স্না তাংবল লেংখৎপা স্নুমিত্তা স্না শ্রীবড়াচাওবনা হাঙ্গজবদগী লাল হৌবদা য়াওরুবদগী মাইথিদুনা বড়াচাওববু ইরোঙ্গশেম্বদগী ফাদুনা হাজারিবাগতা বন্দি থমখি ১স্নুং ব্রজবাসীবুদি ফাবা ওমত্রবদা নিংথৌরেন শ্রীস্নুরচন্দ্র সিংহনা মী থাদুনা "ঐগী মীচংদা য়াওবীয়ু" হাঙ্গনদুনা য়ান্নবদা শ্রীথাঙ্গাল জেনরেলনা চিংবা লৈবাক্কী অওম অথোনা "লাল হৌবা নিংথৌ শেম্বদি হাৎকদবনি অদুবু চৈরাক অমদি পিদবা য়াদে" হাঙ্গন হ্নায়েন্দুনা বন্দি লৈখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৯০ ইংগী সেপ্তেম্বর থাগী তাং ২১ অহিংদা মনাও ইবুংঙো শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ ১স্নুং টিকেন্দ্রজিৎনা চিংবা মনাও মরিনা লালহৌদুনা শ্রীস্নুরচন্দ্র সিংহ পোকমিন্নবা মনাও মরি অমস্নুং মনাই মশলগা লোঙ্গননা মনিপুরদগী তাম্থোক্লুনা শ্রীকুলচন্দ্র সিংহনা নিংথৌ ওঙ্গরবা মতমদা ব্রজবাসীবু বন্দিদগী লৌথোকখি।

মতুংদা শ্রীসুরচন্দ্র সিংহনা কলিকতাদ চত্তুনা ইংরেজ সরকারদা ব্লাকৎলুবদগী তাং ২২ | ৩ | ১৮৯১ ইং নোংমাইজিং মুমিত্তা অসামগী চিফ কমিশনার কুইন্তন মাগা লোঈনবশিং পোলিতিকেল এজেন্ত গ্রীমউদকী রেসিদেন্সিদা থুংলত্তুনা মৈতিংঙু নিংথৌরেন অমসুং মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্র জৎকা লোঈননা দরবার তৌনবা হোৎনবদা য়ানদত্তুনা তাং ২৪ | ৩ | ১৮৯১ ইংদা "জগোই রাস য়েংলগা সাহেব শিং হল্লনি" হাঈরগা জগোঈ য়েংনা অহিংদা লাল হৌত্তুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী সঙ্গাইদা সিফাই থাজিন্দুনা ফানবা থৌরাংবদগী মৈতৈ লাম্মী শিংগা অকনবা লাল থেংনত্তুনা মরাল লৈজদবা মৈতৈগী য়ুম মৈ থাত্তুনা মুপী অঙাং হাৎলগা নোংঙাল্লকপদা কোম্নুংগী মথোং সরকারনা লৌখ্রবদা ব্রজবাসীনা তোপ কাপ্তুনা সরকারগী তেঙ্গোন খাংবা ঙমদত্তুনা "খুংলাই থারে" হাঈনা বেঙ্গুন খোংলক্কুনা লাল লেপ্লবদা নিংথৌরেন শ্রীকুলচন্দ্র সিংহনা পেল্লত্তুনা থোল্লম্বা নমথাং ফুরিৎ অমসুং কোয়েৎ ব্রজবাসীদা মনাওইনা পিখি।

মুমিৎ অসিগী মুংদাংদা চিফ কমিশনর কুইন্তন্না, পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউড, সেক্রেটরী কসিনস, কর্নেল স্কিন অমসুং লেফটনেণ্ট সিমশন লোঈননা সাহেব মঙা মমা কোম্নুংদ লাক্কুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকা মা ঙাংনবা লাক্কুনা তোপ গারোদ তা মা ঙাংনরিঙৈ লৈবাক মীয়াম হৌরক্কুনা "মরাল লৈতবা মৈতৈগী য়ুম মৈ থাত্তুনা মুপী অঙাং হাৎখিবগী লমন শিংগদবনি" হাঈনা শা মমাংদা অঙৌবা মকোক মঙা তাইনগ্রবদা তাং ২১ এপ্রিল ১৮৯১ ইং শকাব্দ ১৮১৩ শজিবুগী মাপম্নি পানবা ঈরাই মুমিত্তা ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুরগী

নীংতম্বা ফিরান চিংথদুনা মৈতৈ লৈমবু মীনাই য়োংহিলং চন্নবগী দমক—থিবোমৈ, তোংজৈমবিন অমস্তুং খোংজোম মাঙৈকৈ অহুমদা মশিং নাইদনা ব্রিটিশ লাম্মী থাজিল্লকখি।

থিবোমৈ ( কোহিমা ) রোমদা ব্রিগেদিয়ার জেনরেল কোলেট সিঃ বিঃ না লুচিংদুনা চংলকপা লাম্মী তেঙ্গোনবু মতোন ইবুংঙো স্নাখ্বা খুরাইলাকপানা লুচিংদুনা লাহশ্রম ভস্তুবান, হৈক্রুজম, পোঙৈলা, মাইব্যা তাম্রসিং স্থবিদারনা চিংবা মৈতৈ লাম্মী ৮০০ গা লোঙৈননা ময়াংখাংদ লাম্বল শাদুনা থিংখি। তোংজৈমরি ল্লোমদা লেফটনেণ্ট কোলোনেল রেনিকনা লুচিংদুনা চংলকপা লাম্মী তোঙ্গোলবু মভা ইবুংঙো কালাস্না হঞ্জবনা লুচিংদুনা ঙাংবা লৌকং পুরেন, য়েনখোঙৈবা পোঙৈলা, লোংজাম্বা পোঙৈলানা চিংবা মৈতৈ লাম্মী ১০০০গা লোঙৈননা লাইমতোন্দ তেঙ্গোন শাদুনা থিংখি।

তুমুরোমদগী খোংজোমদা টি, গ্রাহম সিঃ বিঃ না লুচিংদুনা চংলকপা লাম্মী তেঙ্গোনবু য়েংখোঙৈবা মেঞ্জবনা লুচিংদুনা স্নাখ্বা ন্নাংখৈরাকপা মঃইপাক স্নানাচিংবা মৈতৈ লাম্মা ৭০০ কা লোঙৈননা খৌবান্দ অমা, পলেন ময়াদ অমা, লাম্বল শাদুনা থিংখি অদুবু মাইকৈ অসামদা লাকপা য়েক্লবগী তেঙ্গোনদি য়াম্ব চাওবতা নত্তনা তত্তনা অনৌবা থেমজিল্লকপনা থিংবা ঙমদদুনা খোংজোমদা হন্দোক্লগা খাংবদস্থ ঙমদ্রদুনা স্না কোন্নুংদা সগোল পাও থাদুনা চোংথামিয়া মেঞ্জরনা লুচিংদুনা মৈতৈ লাম্মী ৬০০ কা লোঙৈননা খোংজোমদা লাকখি মথংদা ন্নাংখৈ মৈরাবা মেঞ্জরনা লুচিংদুনা মৈতৈ

লাম্মী ৭০০ কা লোঙ্গৈননা লাল পাংলবদা মৈরাবা মেঞ্জর য়েক্লবগী মখুত্তা মরৈবাক্কী দমক মথল্লাই কংথিবা পাও স্না কোমুং য়ৌরক্লে মাইকৈ অসোমগী য়েক্লবনা তকশিল্লক্লুনা থিংবা ওমদবগী অকন অথৌ থাজিল্লক্লবা পাও তত্তুনা লাক্লবদা মৈতিংগু নিংথৌরেন কুলচন্দ্রসিংহ, থাঙ্গাল জেনরেল অমস্তুং মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎনা চিংবনা ল্লাতানহুনা খোংজোম লোমগী ফিভম য়াম্না ফত্তবা অসি থিংবিনবা মৈতৈগী অকন অথৌ মতিক চাবা থানবা কনা উত্ত্রবা মতমদা লোইশংমচা থাহুনা কৈশামথোং লাইশোম লৈরক (লৈকাই) পাওনা ব্রজবাসীগী য়াঙ্গৈফকোন্দা—

# পাওনা

---

## ১বা মতাং

### ১বা উৎপা

পাওনা ব্রজবাসীনা মাঙ্গোন্দ ফমদুনা চিংলেন মমা, থাবলসিং, অঙাংমচানচিংবা পাখং নহারোলশিং থাং তানচিংবা ঔরাঈদুনা লাক্ক ফানবা য়েংদুনা লৈ।

লোইশং মচা—(মপান্দগী) ওঝাবু ননাই ঐ চংজরকপা য়াগজ্রা ?

পাওনা—কনানো ইবুংঙো ?   করিগী য়াদনি চংঙকউ লাও।

লোইশং মচা—( চংলক্লুনা খুরম্না )   ওঝাবু !

পাওনা—ইচাশা  ইনাওশা ! কনানো অমত্তা ফিদা অমতা লৌক।

চিংলেন—( ফিদা লৌক্লদুনা থারগা ) সোমদা লেংশনবিয়ু।

লোইশং মচা—ফনি ইবুংঙো।   ( ফিদা থরা চিংথোক্লগা ফম্মি )

পাওনা—ইবুংঙো করি হাঈবীগদবা—

লোইশং মচা— ওঝাবু ননাই ঐ মমা কোমুংদগী শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা থারকপনি।

পাওনা – স্না কোম্নুংদগী---ইনিংথৌ স্না য়াথং করি তাকপিরকপা ?

লোইশং মচা—ওঝাবু হৌজিক মনিপুরগী মাইকৈ অহুমমক্তা য়েক্লবা ইংরেজ সরকারনা পুংফম অমতদা লান্দারকইবা, অন্নাংদা খিবোমৈ, নোংচুপতা তোংজৈমরিন, মৈরম তুমু মাইকৈ মফম পুম্নমক অসি য়েক্লবনা তকশিল্লক্লে। কবোরোমদগী লাকপা য়েক্লবদি খোংজোম লমদম য়োশল্লক্লে। মাইকৈ অসোম-গীদি অমম্ব লালনি চৎখিবা মৈতৈ অকন অথৌ পুম্নমক য়েক্লবগী তোপ মমাংদ লেপ্লা ওম্নদরে। মৈতৈ লাম্মী পুম্বা লোইনা তুপ্রে। হুজিক লাম্থোং শিনফম থংদহুনা শ্রীযুৎ স্না পুক্নিং য়াম্ন ন্নানা ঙাইহৌরি। "পম্ববীদ হুজিকমক স্না নাক্তা য়োরক্লবা য়াদে" হাইহুনা স্না য়াথং পুহুনা ঐ লাকচবনি।

পাওনা—হঁা---য়াম্ব অঙম্ব! ইনিংথৌ স্না য়াথং কংলন্দ ব্রজবাসীনা স্না কোম্নুং চৎলোইদবা ক'র ইতিক লৈ। মরোল পুম্ব থংজরে। স্না য়াথং ফিগাও শানা য়াজহুনা লাকচহৌরে হাইনা স্না খুয়া খাদা হঙ্গৎপিরম্মু। য়াম্ব অঙম্ব হনবীরম্মো।

লোইশং মচা---ফনি ওঝা! অহুদি ঐ চৎচরে। (খুরম্মি)

পাওনা---( খুরম্বা ওক্তুনা ) হনবিরো।

(লোইশং মচা চৎপ্রে)

( লেপখত্তুনা ) ইচাশা ইনাওশা! ঙসিগীদি সিক্লাইদা লেপখিসি।

[ময়াম পুম্নমক্ক ইকোই কোইনা, খুরুম্নগা খুৰুউ লৈতানা লৈ।]

ময়ামস্তু তাররিনি---হৌজিক মৈতৈ লৈবাক্তা ইংরেজশিংগা লাল শোক্লরিবসি য়াম্না লাম্বা চাদে। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবাক অমগা মাইয়োক য়ানবা নত্তে। পৃথিবীগী শরুক অয়াম্বা মপু ওঈরবা ইংরেজনি। জাতী পুম্নমক্কা লাম্বা ওঈগদৌরিব মৈতৈনি। সিগী মথক্তা রাণী ভিক্টোরিয়ানা পানবা চহি ৩০ শুবা মতাং অসিদি লৌশিংতনা অনৌবা নোংমৈ তোপনাচিংবা মী লাইনা হাৎননবা শাবা খুৎলাই কয়া লৈগ্রবনি। জাৎ অমতনা মুক্রবা গুমদনা মনিং মথা তৌনা, অচুম্বা লালওং থাদোক্তুনা লৈবাক পুম্বা খুত্থম চনগে হাঈবগীদমক, হুরান লাম্না শিজিন্নরবা মীয়ুংশি খংদ্রবা ইংরেজ জাতীনি। মৈতৈ ঐখোঈগী অচুম্বা, তৌফম থোকপা থাংগী অনৌবা থাংলোন, তাগী অরুবা পোরম, লাংশোই লম্বুগী অকুপ্পা পোমিং, তেন আরাম্বাইগী অশানবনা মখোঈগী মশা শোকহনবদা য়াম্না রানা থোক্লনি। "মৈতৈ অমগা অম্না তরাগা" হাঈবসি ৰাহৈতা ওঈরনি, অচুম্বা লালওং মচেৎ খজিক্তুং ফাওবা মখোঈগী মশাদগী ফংলরোই। হুজিক ঐখোঈ করম তৌসি হাঈবগে?

(ময়াম অমগা অমগা য়েংনহুনা লৈ)

পাওনা--(শাওরপ্না) স্নাখ্যা চিংলেন! ও— ঙসিদি স্নাখ্যাগী মিং পন্না কৌথোকপ্লেদো। ইবুংঙো স্নাদি করি তাকপিনিংবা?

চিংলেন--ওৰানা অহুম তৌসি তাকপিবা মতুং ইন্না—

পাওনা—হঁা— ঐনা হাঈবা মতুং ইম্না? ময়ামম্নু—হঁা-হঁা—
ঐনা থরাই পাম্মুত্নুনা মুংশিরবা পোক্ত লমদম থাদোক্ত্নুনা
মীরৈবাক্তা চেন্নগা উতাংবীগুম হিংবা তারবস্নু? নত্রগা
মীগী থৌজাল ওাইহ্নুনা য়েক্লবগী মখোং পাঈহ্নুনা লৈবা তারবস্নু?
হঁা-হঁা অসিরা নহারোল! নখোঈগী পুক্নিং? হঁা-হঁ-াহঁা-
অসিগীরা নহারোল নখোঈনা মীরোল খংলকপদগী ওসি
কাওবা নহে তম্লিবা? করে—ইচাশা! ইনাওশা ঐদি মরৈ-
বাক্কী নিংতম্বা ভারুনবা মথরাঈ কংখিবশিং, মজাতীগী খুজেংদা
মীনাই য়োংহ্লিং চন্দনবা মশাগী সেংলবা ঈ লাঈনা কংপা
ওম্বশিং, মখোঈগী মকমদা ঐনা ওমজবা ইশাগী ঈ খুজোক
অমত্তা ওঈরবস্নু তর্পন কংচবা ওম্ব্রা য়েংলুরাগকো। ঐনা
ময়ামগী মকমদা হৈসনু খংসনু হাঈহ্নুনা অকনবা রাহৈ কয়া
হাঈখিবা ভাংখিবা, রারৌপুক্রৌনহুসি। লৈবাক্কী য়াইফ
তানবদ ওসিদগী মতম খরদং কাঈনরসিকো।

চিংলেন-ওঝাবু অপংবা নচা ননাইনি খনবিয়ু। ওঝাগী থৌগল
ফংহনবীয়ু। ওঝাগী থৌজাল ফংজরবদা ইংরেজ জাতীবু
খজিকতং হেক কিজরবা ইবুধো পাথংবনা খংবিনি। হন্দক
ইংরেজনা মখোঈগী ফনবত্তা তৌরক্লুনা মরূপ শান্নরবা
মৈত্রবাকপু মাংহনগে, কংলাদা নিংতম্বগী ফিরান্না চিং লেন্ন,
হাই হুন্না পাইববু চিংথেক্লুনা মখোঈগী ফিরান পাইহনগে
থৌরাংবা, লৌনমচাওবশিং অসিবু মাংহল্লবা লেংবা তারবদি,
ওঝাগী মাং থানা থৌগল ফংজবা পিনবীয়ু। (খুরম্নি)

পাওনা— ( কোংথত্তুন্না ) লেংথংনু মাথ্যা ইবুংঙো !

মন্নাম— ( খুরমহুনা ) ননাই ঐথোঙ্গীমু থৌগল ফংহনবিয়ু ।

পাওনা— পেম্রে— ইচাশা ! ইনাওশা ! য়েক্কবা থিংনবা ঐথোঙ্গীগী লৌশিং থৌনা উৎকুমবনি । নিংহন্নদনা থন্নাই থাদোকপা ফিদা মৈতৈ অকম অথৌশিংগী তুং ইনজবা ওন্নবা থৌরাং-গদবনি । ঐথোঙ্গী--ইরৈবাক পোক্ক লমদমগীদমক্তা হিং-লিবনি । ঐথোঙ্গী পূম্নমক্না কাও'রাইদবনি— "ঐথোঙ্গীগী দমক্তা মৈত্রবাক লৈবা নত্তে, মৈত্রবাকীদমক্তা ঐথোঙ্গী লৈবনি" । অত্তুবু-মৈরাঙ্গীনা মৈমুংদা চোংশন্দুন শিবগুম্ শিক্কনবা ঐনা করম্না শিনগনি । মমাংঙৈ মীশিং য়ামদবা মৈতৈনা তখেল, তেথাও, অন্না কবো ময়াং লৈবাক্ক চিংবগা হাকথেংননা লান থেংনহুনা লাইনা ঙাক্কন্না মাইথিবা পীবা ওম্মগী । হন্দক্কী লালকম অমিদি য়েক্কবা হাক-থেংননবা হোৎনবদা থন্নাঙ্গী হকচাং কাঙ্গনবনা হানগদৌ-রিবনি । হৌখিবা কমিশন লালগুম্না হনবীগ্রবদি কৈ নত্রবদি হন্দক মরক অমিদা ( য়ানা ) থবী মগুম শাবা মশা, চুমথাং মথন, শন্দাই শেম্না মাইকৈ চুমদনা পাঙ্গবা, নিংথৌ তুরেন্না খোককম চাদবা, লৈচিল লোল য়েংই— লৈচিন্না সেকপিন মতোম তেকপা মান্না কাই লৈবাক অমনা লৈবাক অসি মুনথিগদবগী খুদমনি । লানকম মাইকৈ রোমন্থু শা, উচেক লিন--অমা মানবদা ফত্তবা, পুম্না লৈচিল লোলনা তাক্কন্না থোকই । লৈচিল মচু শুনা হিরি খোং-

শাং নাইনা মৈত্রবাকী চুথেক মরিমক্তস্থ থোক্লে কুম অসি
লেন্দনা লৈবাক নিংথৌ কাং খোং চাইবগী খুদম পিরে।
লানফম মাইকৈ অহুমদা—খা, নোংচুপ মাইকৈরোমদা
থোকপা লৈচিল্লা তক্‌থৎলক্কুনা থোকইবা লৈচিনগা থেং
নবদা অপনবা লৈত য়েক্লবা মাইকৈরোমগীনা ভমত্থনা কংলা
তমই। অসিনা ইচাশা ইনাওশা! ভসি লৈবাকী মপু
ওঙ্গৈরিবা ইনিংথৌনা কৌরিবা— শ্রীগোবিন্দগী থৌজাল্লা
লৈবাকী থৌগল ফংজৌ তাকপিরবা, ঐদি লাল চৎপ্রগে
নখোঙ্গৈদি হন্দকী লালফম অসিদি চৎলগস্থ। অফবা খুদম
অমত্তা উদ্রে। নখোঙ্গৈগুম্বা নহারোলনা লেংদনা লৈহৌরবদি-
ইরৈবাক পোক্ল লমদমবু য়েক্লবনা খুত্থম চনশ্রবস্থ নোংমা
নত্রে নোংমা য়েক্লবা মাইথিবা পিত্থনা মৈত্রবাক্লা নিংতম্লা
পানবা শ্রীগোবিন্দনা থৌজানবিগনি। ময়ামস্থ হল্লো,
ঐস্থ স্না কোম্নং চৎনবা থৌরাংলগে।

চিংলেন— করিগুম্বা শ্রীবুং স্না য়াথংদগী ওঝানা লালদ লেংবা
তারবদি ননাইদি থৌগল ফংজগে।

ময়াম— ননাই ঐখোঙ্গৈস্থ ওঝাগী থৌগল ফংজগে।

পাওনা—হঁা— অত্থদি— নিংথিনা চুম্না চুম্না লেপ্লগা নখুৎ লোম্নত্থনা
কোরৌ থক্তা য়েংথৎলগা নশা নশাগী নমি অত্থ লাকশন্দুনা
মুম্না য়েংউ।

[ ময়াম পাওনানা হাঙ্গৈবা মতুং ইম্না য়েংই।
মশাস্থ য়েংত্থনা মন্ত্র শোল্লগা— ]

পাওনা— উরব্রা ? হঁা—জয় রাধে জয় কৃষ্ণ।

ময়াম— উজরে ওঝাবু।

পাওনা— করি উই ?

ময়াম—ইমি অসিমক উজরে।

পাওনা— নশা নশাগী নমি অত্থ তেক্তা কাঈদনা উইদনা ?

ময়াম— ওঝাবু কোকী শরুক্তি অমতা উবা ফংজদে।

পাওনা— উম্—নখোঈস্থ— নমিং উইশল্ল্ । ( ময়াম উইশল্লি )
মালেম ইমাগী থক্তা তাত্থনা ইমানা মতম পুম্নমক্তা চেৎনা চাম্না থম্বীরিবা নমিশিং অত্থদা অমুক য়েংউ। ( ময়াম পুম্নমক য়েংই ) য়েংলব্রা ?

ময়াম— য়েংজরে ওঝা!

পাওনা— ( মুংশামপী হোন্দুনা ) শ্রীগোবিন্দ। উরব্রা ?

ময়াম— উজরে—

পাওনা— কোরৌ থক্তা উবগা মলেম লৈদা উবগা করম তৌই ?

ময়াম— চপ মান্নমা উজ্জে ওঝাবু !

পাওনা— কনাবুস্থ ঐ লোঈনত্থনা চৎপা ওম্লরোই, ঐবু ব্নারৌগম্মু।
ময়াম হল্লো ঐস্থ চৎনবা থোরাংলগে।

( ইমুং পাংনা চংই ময়াম্মা খুরমই )

*Light Off*

## ২বা উৎপা

# মৈতৈ খুল্লক

তোপনা চিংবা নোংমৈ মখোন তত্তুনা তারি কিন্থনা নিক্কুবী লৈমনা কোর্বে'ক য়েপ্পা অহল ওঈরবা মপা মিৎতাংববু শমহুনা লাক্লগা ফমথত্তুনা কপ্পা—

লৈমা— ঐ চৎপা ঙমদরে। স্থক থাপ্পা চেল্লক্লবস্থ নোংমৈ মখোন তারি। ইমা! পলেম পুককবী নংবু করম্না কাওসিগে। নমোম লাইবকথিবীদি ইমা নং য়াওদনা করম্না হিংহুনা লৈগনি? ইমা!---

মপা--- কপলম্মুনে লৈমা! নংনা কপ্পা তাবদা ইপা লৈক্লম খংদ্রেনে। য়েক্লবগী নোংমৈনা পান্দুনা মথরাই থাব্রবী নমা অত্থদি মরাইবক ফরবীনিনে। নরাইবক থিরবী নংদি শিরস্থ ঙমদা য়েক্লবগী মীনাই ওঈহুনা রানা খাংগদৌরিবা মমা ওঈদৌবী নংদি খংদেদো।

( লৈমনা মপাবু ফুহুনা )

লৈমা--- সিবু নংনা থোকহল্লিবা নত্রা? মীয়াম্না চেন্নবা মতম অত্থদা ঐখোঈস্থ চেল্লম্নর্বদি অসি কদাঈদগী থোক্লনি?

মপা— হঁা-হঁা চেন্দুনস্থ হিংলরোঈ য়েক্লবন লালোঈ চনপ্রবা মৈত্রবাকনিনে। সোঈবা য়াদ্রব মৈতৈগী লাইগুম্বনা স্না পুয়াদ য়েক্তুনা থনম্লবা সোঈদনা থোক্লগদবা নংনা খংদেনে।

লৈমা— ( শাওনা ) অস্তক মুংশিহৈত্রব, মীগী থরাঈ লাইনা লৌওম্বা, ঈতনা লোখো ওঈনা চেলহন্নবা থৌরাংবা, হিংচা য়াইতম্বগী শাজৎ অসিবু থোক্তনবদি থৌরাংদা করিগী ইশিল্লম্মিবা ?

মপা---- হাঁ- থিংবা ঙমদ্রবা মতম ইচেলগী তুংলমচৎপু লাইনা উবা ঙম্বা মৈতৈগী অহৈ অশিংনা মতুং মীবোলগী লৌশিং ওঈজনবা ইশন্দুনা থম্বীরম্বনি। মমল নাইদ্রবা কোর্বেক অসিবু কনা লৈজদ্রবা মিৎতাংবা ঐহাক্তা মমা ওঈগদৌরিবী নঙোন্দা শিন্নবনগদৌবি---

অচুবু--- লৈগা--

( মখুংনা মপি তৈথোক্লা কপথি )

লৈমা--- ঐবুদি কপ্কম্মু হাঈরগা নংদি করিগী কপলে ? ঐখোঈগী হিংফম লৈত্রবরা ?

মপা--- ইপানা শিবগীদমক রাদে। "মনিং মথা তমনা লৈজবী পোম্বীবু মখোংদা য়োংহ্লিং থাংহুনা য়োৎকী শারংদা য়োক্লগা মীবোন তম্বীহুনা থম্বগুম্"--- ননিং তম্না লৈজবী নংবু মীনাই মিংথোন থাংহুনা য়েক্লা মীখাদা য়োক্লগা মীতৌ তম্বীহুনা থম্বীগদবা থল্লুবদা ইপান কপুবা ঙমদ্রেনে।

লৈমা--- ঐখোঈনা কপুনা কোঈনা চৎলগা অরাবা অসি কনাগুম্বা কোকপিবা ঙম্বা লৈগদ্রা ?

মপা-- ফনা তেংথা নাওঈহুনমু তাবিনবা ফাওব লৈররোই।

লৈমা— অদুদি করি কান্নগনি·— “কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবগুম্”— চেনদুনা কান্নদ্রে ইমানা লৈখিদবা খোং-জোম লমদমদা ঐখোঈস্নু থন্নাঈ থাক্লরসি। লাকও হল্লসি চেল্লহ্নুসি— চৎসি—

( মপাবু চিংই )

মপা— ঙাঈখো লৈমা! হিংদুনা লৈবগী কানদ্রবা মিৎতাংবা নপা ঐনা শিবা কিদুনা চেনবা নত্তে। লাইবকচাওবী নংবু মমলবা মালেমগী পিক্লবা চিদাই অসিদা লোত্তুনা থমখিনি অদুগা ঐস্নু নমাগী মতুং ইনখিনি।

লৈমা— ইমা ইপা লৈত্রগা ঐনা ইদোম লোত্তুনা হিংহৌবগী করি কান্নগনি? লিংফম লৈত্রবা য়েক্লবগী খুংলাইনা ঐগী ঈস্নু চুপথ্রসন্নু।

মপা--- মদু য়াদ্রি লৈমা! হৌখিবা পুম্বা চুম্লবা মৈতৈ স্না পুয়ানি। ওঈরক্কদবদি করিগী লান্নি। নোংমা ন্নারবী নংগী নচানা নগুনা মাংঞবা হান্নগী নিংতম্ববু য়েক্লবা মখুত্তগী মুন্দুনা মমাগী থৌগল ফংলখিগনি।

লৈমা— ক-র--ম-না? হাঈয়ু মদু তারগা থৌনা লৈখিগদ্রা? চুমগদ্রনে?

মপা— করিগী চুমলোই— হান্নগী ন্না অরিবা ন্নারিনররোই। মংগুম্না নিংনরম্বা নংনা খংলবা— “কংলা উদ্রা শা-খোংদা অঙৌবা মকোক তাগনি—” থোকখ্রেদো—

লৈমা-- উম—

মপা— পাওনম ইরেন্দ ভুবী লাইরেন তাওরোইনাইনা য়াও-ম্লকপদা কংলা সঙ্গাঈসেন পাঈগনি— পাঈখ্রেদো ।

লৈমা— মথাদি ?

মপা— মুজাগী কোলোয় মপাওদগী লৈবাক তাক-মাংগনি— মাংদৌরেদো ।

লৈমা— মতুংদি ?

মপা— মতুংদি— পিনাই পুনাইদবনা কংলা ফম্বাল কারগনি । পি পা খাঈররোই, মখা থংবনা মথক থংববু কিবরা হংলরগনি । শগোলনা লৌ চারগা ষলদা তান্দুনা ফুর-দৌবনি । অরুবা ঈশিংনা খাদা থা, অনৈবনা থক্ত চেন, ইম্ফাল তুরেন্দ থৌহু মুংবী তাওরগদৌবনি । নম্বুল তুবেন্দ মোইথাপ লুপললরগদবনি । হুইনাও মচা চান-বদগী লৈতোন লেকখ্রনি । য়ুমদাংবনা কৈনাবা সোঈ-দ্রবনে । লুপাক মখুম নাইররোই তমং কুসা মরোল থোক্লরোই । উচি চি চি খরুং মপান খৌসাবা সেনতাই লাকই ফরং । শগোন চেনসি লানচেনসি, পোলাং-খোক্তগী ফী লৌশনবা নংওইয়ে । মতম অসিদা সো-ঈদনা লাকনি মখোঈস্থ চেনখিনি । অঙৌবা মরাই চাইখ্রনি, হুই মপুবু য়োংনা তান, মখুং খুপাক মখোন থোকলরোই, অহিংদা সোরাই মাংখিনি ।

লৈমা— অহু ফাওবদা চহি কয়ামুক ?

মপা— মসি ফাওবদা চহি ৫৫ রোমনি।

লৈমা— ইস্-শাংখে্দা— অতুদগীদি ?

মপা--- অসিদগী মোম্ন মুজা ওঈবীনা লুরাং পাওতাক তোক্তুনা ফনেক খোইথাংনা, খাবৌ পুংমাই শা, কাংদেন খুত্তা পাঈতুনা হুনতে কাংমিরেন তমগনি। চীংদা, লোক্তা, তাইদ', ঔগ্রীহঙ্গেন চোংলনি শারা পাওদিংখ্রবনে। লৈবাক তাকমাংবা হৌরবদ সোরেন লমজা সরানা উ:তোন ব্লাতোন্দ চত্তুনা কোঈন' পাওচেন্নরবা, তোকভা লাঈ-রেম্বীনা তোঈনা পাওচেনখ্রবা, খারমনা তোইনা মথি ফোংলক্লবদা নিংথৌ পাল্লরোঈদবনে। অসিদগীদি ---- (লাইরিক য়েংহন্দুনা) ইপা ইপুশিংনা মৈন্নুংদগী শত্তুনা পাঈরক্লবা পুয়া অসে ইপানা নঙোন্দ শিন্নরম গদৌরিবনি। খংদ্রবা, হান্নগী পুনখ্রবা লংলা লংজিন থিনফম ওঈররগদবনে। ঐদি চুম্না মিত্তা উদবনা মম্বনি, তুংগী মীরোন্দি থম্মোই য়াওনা মমখিতুনা মীগী মতৌ তম্ হুইনা মপুগী মতুং শোং শোং ইনবগুম্ মী-নাইগী মীনাই নাইথাং ওঈতুনা হিংহৌরগদবনি। মতম অমদা— নচানা নশুনা থিরকথিগনি নংনা অমুক শিন্নহৌনবা চেংনা থমজিল্ল।

লৈমা— শিব্রা চংব্রা খংদ্রবা ঐখোইনা কৈদৌননি ?

মপা— নিংহন্নগম্ন লৈমা ! নং মৈতৈ চম্নুনি ; মৈত্রবাকসে— মথুত্তা থাংলেন পাঈথুনা লাইনা ঙাকপা ঙম্বা মৈতৈ

চন্নুশিংনি। খ্বাংচেং মচি লাংখংলু— ইরৈবাক পোক্ল-
লমদমগী ইপা ইচানা ঙমজবা—

য়েক্লবনা নৈরবা পোঙ্গৈরৈগী
কিবনা মপুক্লিং হন্দুনা
তুমখুন তম্ন লোংলবা
মৈতৈ মুপী নিপাশিং
শৈশক পাওজেন্ন য়াকাঙ্গৈসি !!

চংলু— লমচিংউ ইপাবু।

(লৈমবু চিংহন্দুনা চংখ্রে)

*Light Off*

## ৩বা উৎপা

# "তোপ গারদ"

কুলচন্দ্র নিংথৌরেন্না য়াইদ লু'লুক্তা রাখল তৌনা ফমই, থাং, তা থৌগল তৌবশিংনা খুকউ লৈতানা য়েৎলোম ওঈ-রোমদা ঙাক্লি, নাক য়েক্তা থাঙ্গাল জেনরেল অমস্তুং টিকে-ন্দ্রজিৎনচিংবা অতম্বময়াম্না থৌগল তৌরি।

থাঙ্গাল—শ্রীযুৎ ইবুংঙো! স্না খুয়া খাদা নপু রাফম অমতা হঙ্গৎ-চগে। মনাও ইবুংঙোস্তু তাবিসি। ঙাঈবীদ্রবা মতমনা ঐখোঈগী য়াইফবা থোকহনগদবা উদ্রে। পম্ব পম্বরগা হেন্না খুদোংথিবা থোক্লকলগনি। ব্রজবাসীনা লাক্লবস্তু মতুংগী লালজংদা থমলসি। লুচিংবা কনাবু হান্না লাল চংহনসি হাঈবগে স্না য়াথং অমুক্তা তাকপিয়ু।

কুলচন্দ্র— হৌজিক লাল চংহনগদবা পুক্লিংনা থাজবা মতিক চাবা কনা অমক্তা লৈত্রে। ঐগী রাখলদদি—রাচুম শুবা, পুক্লিং খুতুম চনবা, লান্দ থৌবা ওঝা ব্রজবাসী নক্তনা কনা উদরে।

টিকেন্দ্রজিৎ--- স্না য়াথং তাকপিরিবা অচুম্বনি অদুবু মমাংঙৈ য়াম্বুং মহারাজ সুরচন্দ্রগী মফমদা স্না বোড়াচাওবগী মীচং চংদুনা লাল হৌবা য়াওরুবগী কৈশুমশংদা থম্মুরবনি। য়াম্বুং স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু। লালগী ফিভম লুশিল্লক্লবা মতাং অসিদা ননাইনা পামজবদি --- হৌজিকমক খুদোং য়াম্না চাদ্রিবা

খোংজোম মাইকৈরোমগী লালফমদা, ননাই ইশামক চৎচত্থনা শ্রীযুৎকী অরাবা কোকহন্দুনা, ইরৈবাকপু বঞ্ছগে। স্না পুক্লিং লাংতক্কবীদা শ্রীরাধাগোবিন্দগী নাম সোনবীত্থনা স্না কোম্নুংদা ম্নুংঙাঈনা লৈবিয়ু। ননাই ঐ লাল চৎচরগে স্না য়াথং পিবীরো।

( খুরম্মি )

কুলচন্দ্র—করি য়ানো ইবুংঙো! ইনাওগী মপান্দগী মণিপুব স্না লৈবাক অসিদা ইনিং ইখা তমত্থনা নিংথৌ ওঈত্থনা পাল্লি-বনি। ইয়াম্নগী মহুৎ শিন্না য়ায়েন চুপ্পী পাঈত্থনা, অকুপ্পা লালথোংশিনবগী শকক পুন্নমক পুরিবা ইনাওনা চিরবা মতম অসিদা স্না কোম্নুং থাদোক্কনা লাল চৎলগে হাঈবদি ঐবু ইদোম থাদোক্কমলগে হাঈনা থনব্রা? অস্নুক চিংনরবা মতমদা ইনাওবু ঐনা করম থাদোকসিগে? মতম অসিদা ইয়াম্নবু থাদোকপা চুমদে, স্না কোম্নুং থাদোক্কনা লাল চৎপা য়াদে।

থাঙ্গাল— মনাও ইবুংঙো। শ্রীযুৎ স্না য়াথং তাকপিরিবা অচুম্বনি মনাও ইবুংঙোদি লেংথোকপা য়াদে। হুজিক মাইকৈ অহুমদা য়েক্কবনা লাকশিল্লক্লিবা, অম্নাং মাইকৈ নত্তনা তোংজৈমরিনগীস্নু ঙাকপা ঙমদবা শগোল পাও লাক্কবনি। খোংজোম মাইকৈরোমনা হেন্না থুদোং থিবা হেনবগী হাম্না থম্নবতনি, করম্বা লুচিংবা থাজিম্নসিগে শনবদা লাম্বা ক্বংজত্রে। থিংবা ঙমদবা মাইকৈদা নপু হাম্না চৎচগে

ঙাঈজরি। স্না য়াথং পিবিরো লালগী থৌরাংজরগে।
( খুরুম্মি )

কুলচন্দ্র— ইপু! তাকপিরিবা নিংথৌ ঐনা থিংজবদি ইতিক নৎচদে। অতুদা ইপু! মৈরম তুমুরোমগী লান্না থোঈ-দোক্না অমম্ব লান্নি হাঈবতনি। অরাং নোংচুপকী লালস্থ চিংননিংঙাঈনি। মাইকৈ অহুম্মক ইম্ফাল তম-লক্কুনা কোন্নুং য়ৌরক্কদবা ঙাকনি। ইপুগী মরুম খুপচত্নুনা হিংজরিবা ইচিন ইনাওনি। ইপুনা লাল চৎখ্রবদি কোন্নুং লৌখিবপা অমহানি। ঐনা কমদৌনা ইপুবু থাদোক্কনি?

লোইশং মচা— ( চংলক্কুনা খুরুম্মগা খুকউ লৈতানা )
ননাই পাওনা ব্রজবাসীনা স্না থৌগল কংজনবা স্না য়াথং ঙাঈজরি।

কুলচন্দ্র— থিল্লে, পম্বরন্থ চংহল্লকও— শ্রীগোবিন্দগী থৌজালনি।

( লোইশং মচা খুরুম্মগা থোকখ্রে )

( ব্রজবাসী চংলকই। )

চংবিরকসি ওঝাবু!

পাওনা— ( খুরুম্মগা খুকউ লৈতানা ) মৈতিংঙু লিক্লাই ইবুংঙো নিংথৌরেন। ননাইবু কৌবিবদি স্না য়াথং করি তাক-পিগদবা?

কুলচন্দ্র— ওঝাবু ঐ অসে লৈবাক প্রজাগীদমক থনবদ পুক্রিং ওয়াং তশোঈন পল্লেপফম থংজ্রে। য়েক্কবা ম্লেছনা মতম

অমতদা মনিপুরগী মাইকৈ অহুমদা কোঈশল্লক্লুনা লান্দা-রকপ অসিদা মুপী অঙাং অহন লমন পুম্নমক অরাবন লৈফম খংদ কৌজেংগুম চোং, লৈতানন লৈবা ঙমনাদ্রেদো। ওঝাখোঈ লৈন লৈন কমদোনা য়েক্লবা ম্লেছশিংগী মখুত্তা শ্রীরাধাগোবিন্দ শিন্নহুনা, মৈত্রবাকী নিংতম্ব মাংহন্না, মীগী মীনাই ওঈহুনা করম্ন লৈসিগে। ওঝানা অমুক্তং মনিপুর স্না লৈবাকপু কনবিহুনা লৈবাক নিংথৌগী অরাবা কোকপিয়ু হাঈহুনা কৌজবনি।

পাওনা—ননাইনা করি ইতিক লৈভহুনা, ননাইদি তোল্লবনি, ননাইদ স্না য়াথং অহুম্না তাকপিম্ন।

কুলচন্দ্র—ঐ য়াম্না মুন্না খংজৈ, শক খংনঙৈদগী হৌজিক ফাওবদা ঐনা ওঝাবু পুক্লিং শেংনা মুংশিজরি। ওঝানা মমাংঙৈ অকাম হাওগী লান্দগী পাবুং চন্দ্রবির্ত্তি মহারাজবু থরাঈ কনবিখিব, ব্রহ্মাগী লাল কেত্তাক লান্দাবম্ন ঙমলকপা ওঝানি। ইরৈবাক কনবদা নত্তনা য়েক্লবা মীশক ক্রম সাহেবপু থিরোমৈগী হাওশিংনা কোঈশন্দুনা হাংখিবা তারবদা হাওয়াম তানখাঈহুনা সাহেবকী মথরাই ফাও কনবিরক্লবনি। অসিদ নত্ত কমিশন লালগী অহিংদা স্নথোং য়েৌনা সরকারনা লোখ্রবদগী ওঝাগী খুং মক্লা তোপ কাপ্তুনা শরকারদগী মৈত্রবাক মুলহৌবা ওঝানি। অকন অথৌগী অয়াম্ব মনা—নিংথৌফি সাঈজোনবা, লমথাং খূল্লকচিংবা পজেং ফিরান ফংবিরবনি। ঐবু মুংশিবিদ্রবম্ন

হন্দক্কী লাল অসিস্থ ঙস্বীরক্কু না ষল ব্রাহ্মনচিংবা মুপী অঙাং লৈবাক নিংথৌ খিবিকপু ঙাকপিরগা, শ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবা ফংদুনা অমুক্কং মুংঙাঈ য়াইফনা পাম্মিন্নখিসি।

পাওনা—ননাইনা হঙ্গৎচবদা ইতিক্কি নত্তে অদুবু ইনিংথৌ ইবুংঙো! মমাংঙৈ পাবুং স্না হাকতক্কা, নতোন ইবুংঙো বোড়াচাওবদ মাগী মী ওঈনি হাঈনা রাশকখিবনা, ননাইগী হকচাং কৎখিদুনা পাবুং লৈত্রবা তুংদা নয়াম্পুং ইবুংঙো সুরচন্দ্রগী মথক্তা লালহৌবা য়াওদুনা রাশক ঙাকলুবদগী, কৈশুম শংদা লৈরুরবা মীশবনি হাঈদুনা ইনিংথৌনা চিংনবীবোইদো। ননাইবু মুংশিবীদা চানবীবা রাংদুনা, ননাইনি হাঈন খনবীদবনা— ঙসি ফাওবদ—"ব্রজবাসী লাল চংলো" হাঈনা স্না য়াথং তাকপিদেদো।

কুলচন্দ্র— করি রানো ওঝা! মমাংঙৈগী হৌগ্রবা রাথোক ঐ য়াম্না মুন্না খংজে। মদোমদা রাখন্নবীগনু—নিংথৌনা মনা পিবনা মরাৎলবা ফংবিগদবনা মহেল্লবা ওঝানি। ঙসিদগী জেনরেল থুভম লৌবিরো সেনাপতিনা ফংবদ মতিক চারবা "বিজয় বানা" কৌবা ফিরান কোক্তা থেৎপিরো। ঙসিমক লাল চংবিদুনা মনিপুর স্না লৈবাক কনবিয়ু।

পাওনা—শ্রীযুৎকী স্না য়াথং ফিগাও শানা য়াজরি। ননাইনা স্না থুয়া খাদ নৌহৌননা হঙ্গৎচবা ঙাকপিয়ু—মাইকৈ অহুম অসিদা ননাইশিং লাল লুচিংবা কনা কনা থাবিগ্রবা হৌজিক্লা লালগী ফিবম করি ওঈরিবা?

কুলচন্দ্র — ইবুংঙো ! ওঝাদ লালগী লালওং খংহল্লু।

টিকেন্দ্রজিৎ— ওঝাবু হৌজিক মনিপুরগী মাইকৈ অহুম—থিবোমৈ, তুমু, তোংজৈমরিনদা ইংরেজ সরকারগী মশিং লাকঙমদবা লান্মীনা তকশিল্লকপা অসিদা থিবোমৈ রোমদদি—লাইশ্রম জম্বুবান, মাব্যা তাম্রসিংহ, হৈগ্রুজাম্ব পোইলানা লুচিং-ঙুনা মৈতৈ লান্মী ৮০০ গা ময়াং থাংদ লাম্বল শাজুনা য়েক্লবা ঙাক্লম্বদগী হুমনিগী লাল মতুংদা সাহেবশিংগা লোঙ্গৈননা কালা সিপাইশিং পুম্নমক মৈতৈ লান্মীনা মাইথীবা পিজুনা থিবোম্মৈ ফাওবা তান্থোকখ্রে। মফম অতুদা হৌজিকমক মৈতৈ লান্মীনা লাম্বল শাজুনা অনৌবা য়েক্লবগী তেঙ্গোল লাকপা ঙাঈজুনা লৈরি।

পাওনা— উম—শ্রী.গাবিন্দগী থৌজান্নি মনাও ইবুংঙো !

টিকেন্দ্রজিৎ— নোংচুপ লম- তোংজৈমরিংগী লালফমদা চংলকপা সাহেব ১০ মুক্কা সিফাই ১০০০ রোমগা অসি ঙাকথোক্লবা —মজা ইবুংঙো কালা স্না হঞ্জবনা লুচিংজুনা ঙাংবা লৌরুং পুরেন, য়েনখোঙ্গৈবা পোইলা, লোংজাম্বা পোইলানা মৈতৈ লান্মী ১০০০ অমগা থাজুনা লাইমতোন্দ মৈতৈ লাম্বল শাজুনা ঙাক্লম্বদগী লাইমতোন চিংজাও অসিনা অথুপ্পা লম্বী য়াম্না লৈবনা, কছারগী মৈতৈ মচা অমদি চীংগী চীংমী খরনা অরোনবা লম্বী তাকতুনা য়েক্লবনা খুদোং চাবা ফংখ্রে। অরোনবা লম্বীদা লোম্না লান্দারক্লুনা কালাস্না কৈরুদা নোংমৈনা পান্দুনা শোক্লে। থিংবা ঙমদা হন্দোক্লুনা

নাচৌদা লান্থল শাত্নুনা খাংবদা য়েক্লবগী মাইকৈনা অতৎপা লৈতনা সিপাই থোমজিল্লকপগা নোংমৈগী অরোনবা লালদা খাংবা ঙমদা মৈতৈ লাম্মী অয়াম্ব মরৈবাক্তা মথল্লাঈ কৎখ্রে, লালগী মওং য়াম্না লুবা, মৈতৈ লাম্মী থাজিল্লক্লবা সগোল পাও তোঈনা লাক্লে।

পাওনা— (হুংশামপি হোন্দুনা) হুম-মনাও ইবুংঙো! খোংজোম লোমগীদি—

টিকেন্দ্রজিৎ— মাইকৈ অনিসিদগী খোংজোম তম্লকপা তুমুরোমদগী চংলকপা য়েক্লবগী লাম্মীদি মশিং খিঙমদ্রে — অহানবদা —স্না য়াথং মতুং ইন্না, য়েংখোঈবা মেঞ্জরনা লুচিংডুনা মৈতৈ লাম্মী ৭০০ কা থাজনখ্রে। স্নাখ্বা ব্লাংখৈরাকপা, মাইপাকস্নানাচিংবনা থৌবান্দ লান্থল অমা শাহুনা ভাক্লি। সোমদা লাকপা য়েক্লবগী তেঙ্গোন্দি য়াম্নস্ন চাওবগী মথক্তা তত্তনা অনৌবা থোমজিল্লকপনা য়েক্লবা থিংবা ঙমদবা পাও লাক্লুনা চোংথামীয়া মেঞ্জরনা লুচিংডুনা মৈতৈ লাম্মী ৬০০ কা অমুক থাখ্রবা মতুংদা লালগী ফিবম ফত্তয়া পাও তম্না লাক্লুনা ব্লাংখৈ মৈরাবা মেঞ্জরবু লাম্মী ৭০০ কা লোইননা তম্না অমুক থাজনবদা, য়েক্লবগী লাম্মীনা ব্লাংজিং ময়া মনাও চীংখোং য়োশল্লমহুনা লালথেংনবদা মৈরাবা মেঞ্জর সনাতন ধর্ম্ম ফংখরে।

পাওনা—(কপ্পুনা) শ্রীগোবিন্দ! ধন্ধনি ধন্ধনি—ইরৈবাক অমদি

ইনিংথৌগী থৌগল ফংজত্নুনা স্বর্গ কারবা পূন্য চেল্লবা মরুপনি। থংভরে মনাও ইবুংঙো! ( শাওনা ) অঃ—কৈ মচা য়োবলুবা মপু চারেদো। মৈত্রবাক পিক্লবসু নিংতম্বা লৈবাক মশেম্নি মরুপ শান্নত্নুনা মতিক মগুন চাওরে, চাওখৎলে হাঙৈরবা ইংরেজ সরকার! মখোঙৈগী খুদোং চাত্রবা মতম কয়াদা মমাংদৈ মৈতিংঙু নিংথৌরেনশিংনা মতেং কয়া কয়া পাংবিত্নুনা মৈতৈগী থরাঙ্গ থাদোক্কুনা মখোঙৈগী থরাঙ্গ কনখিবা মৈত্রবাক্তা মখোঙৈনা হন্দক চৎলক্লিবা শাজৎ অসিদি চাওখৎপা মীওইবগী লিচৎ নত্তে শাদগী হেন্না তোল্লবা শাজৎনি। থোকখিবা থৌদোক-শিংগীদমক ইনিংথৌ স্না থুয়া থাদা—"লাল্লে ঙাকপিয়ু" হাঙৈজগদবগী মহুত্তা ঐখোঙৈদি ঙম্লবনিদো হাঙৈত্নুনা মৈত্রবাক্তা নিংতম্বা মুন্দুনা মীনাই ওঙৈহনগে থৌরাংলিবা, মখোঙৈগী অথিবা মিংচৎ স্নুমিৎ থানা লৈরিবা মথৈ মুংলরোঙৈদবনি। ( হম্বত্নুনা ) ইস্—শ্রীযুং স্না মাংদ—ননাইনা থৌগললোল কাঙৈখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু। ইতিক ইপা চাত্রবা ননাইনা ইনিংথৌ অমদি লৈবাক প্রজাগী মমাংদা শ্রীগোবিন্দগী মিংলেন শোনজত্নুনা ব্রাশকচরি— ঙসিমক লাল চৎচত্নুনা য়েক্লবা ম্লেছবু মাইথিবা পিরগা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল ফংজগে। করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদা য়েক্লবা কিত্নুনা তুংদা খোংফম অমত্তং হনগে নিংলবা মৈতৈ স্না লৈবাক মাংহনবগী পাপ পুবা ওঙৈজগে শ্রীগোবিন্দনা থংবীবা ওঙৈসনু। ইনিংথৌ

ইবুংঙো ননাইবু মাইকৈ কদোমদা চৎচৌ হাঙ্গবগে স্না য়াথং পিবিরো। ( খুরমখি )

কুলচন্দ্র—পেল্লে ওঝা! শ্রীরাধা গোবিন্দগী থৌজান্না য়াইফ শরুক্তা ওঈহুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল ফংজনবা মনিপুর স্না লৈবাকপু কনবা ঙম্বা ওঈরসমু। হৌজিকমক খোংজোম লমদম-লোমগী লালফমদা চৎপিরো।

পাওনা—শ্রীযুৎ স্না য়াথং কোক্তা থোংজহুনা মৈতৈ স্না লৈবাক্কী নিংতম্বগী লালঙম ফীরান পুরক্লগা মাইপাক্লা হঞ্জরক্লনা শ্রীযুৎ স্না খুত্তা কৎচগে, ঙমদবা থোক্লবদি মাইওন্দনা সনাতন ধর্ম্ম ফংজহুনা মরৈবাক্কীদমক্ত য়াইবী থৱাই কৎখিবা অথৌবশিংগী তুংইঞ্জবা ঙম্বা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দ তোল্লবা ব্রজবাসীনা নিজরি। ( মখুৎ লোম্লনা খুরম্মি )

কুলচন্দ্র—হঞ্জবা! নিংথৌ ঐগী লালগী ফিজোন পুম্নমক শুনা য়াওনা—শ্রীরাধাগোবিন্দগী নির্ম্মল্য পুরকও।

( হঞ্জবা খুরমহুনা থোকখে )

ইপু মেঞ্জর! ওঝাগী তুং ইন্নবা মৈতৈ লান্মী শেম শাহুনা থৌরাং লোঈনা থম্বীরো।

থাঙ্গাল—স্না য়াথং মতুংইন্না হান্না হৈরাংখোংজা মেঞ্জরগা লোঈননা মৈতৈ লান্মী ৭০০ থৌরাং লোঈহুনা লৈজরে;

( হঞ্জবগা লোঈননা নির্ম্মল্য পুবা
বামোন ১সুং লালগী ফিজোন পুবা
লোইশংমচা চংলকই। )

কুলচন্দ্র—ইখুং মক্কা ওঝাগী ফিজেৎ লৈতেঙ্গে।

[ময়াম চংদুনা পাওনাবু ফিজেৎ লৈতেংলে। নির্ম্মল্য পরেং নিংথৌ মখুৎমক্কা হুক্লগা সিন্দুর পাঈদুনা— ]

ঙসিদগী পাওনা মেঞ্জর জেনরেল হাঈনা ক্ষমথোন হাপ্তুনা, মৈতৈগী নিংতম্বা ফিরালগা লোঈননা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দবু ওঝাদা শিন্নজরবনি। মৈতৈগী লাইবকসু ওঝাদা শিন্নজদুনা মৈতৈ স্না লৈবাক্কী জয়গীদমক্তা শ্রীগোবিন্দগী জয় সিন্দুর ওঝাগী লাইবক্ত নমজরবনি। (নমদুনা লৈ পরেং হুকই)

জয় জয় শ্রীরাধাগোবিন্দগী!

ময়াম—"জয়"

থাঙ্গাল—জয় জয় পাওনা মেঞ্জর জেনরেলগী!

ময়াম—" জয় "

*Light Off*

## ৪বা উৎপা

# "লক্ষ্মী"

নৈমনা মপা মিৎতাংবা শম্ হুনা

ইশৈ—

তারো তারো জয়ধ্বনি তারো
নৈবাক নৈবাক খুদিংদ তাহনসি মৈতৈগী জয়
নিং তম্ব লালফমদা পাইহনসি ফিরাল !!
য়েক্কবনা নৈরিনে পোঙ্গৈরেসে
মৈতৈ মচা নখোঙ্গী কদায়
কিবনা পুক্লিং হল্লবরা ?
তারো তারো মৈতৈ চম্নু
মরৈবাক্কী দমক্তা কৎথ্রবা থরাঙ্গৈনা
কৌরিনে মীপুম খুদিং
নচা নথাদ লোৎলহনা
য়াইফ তাল্লিবা খোংথাং হনখিদরা ?
কাঙ্গৈনবনা চাকসন্নু থরাই
তমথিরবা লালফমদা থাওনে নচাশিং
মখোঙ্গীগী থৌনানা মাই পাকত্রবসু
থরাইশিংনা পুন্না কৌনি মীয়ামদা
শান্তিগী ফিরান হাইগৎনবা !!

[ সিজ লুলোনখোম্বী পোৎ ময়োম অমা পুন্থনা কৈথেল কুম্নকপদা লেপ্তুনা— ]

সিজ— ইবেম্মা। নখোঙ্গবু কদাঙ্গদগীনো ?

লৈমা—ইমা ঐখোঙ্গ লল্লাঙ্গদগীনি, লালনা লৈবা য়াত্রহুনা চেল্লক্লবনি।

সিজ— কদাঙ্গ তাম্না চংকদৌরিবা ?

লৈমা—মাঙ্গৈকৈ কদোমদ, করম্ব খুন্দ চেনসিবা, মুপীজা ঐনা মরাই-বকথিরবা অহল অসিবু কদাঙ্গদা পুন্থনা চংকনি। হন্দক্কী লাল অসিদি করাই ইম্ফাল চপ মান্ননা পুমলাং লাংগ্রে। কনা অমতনা লালপাও অফবা অমতা হাঙ্গনদ্রে। অমনা অমবু য়েংনদ ঐখোইগী চংফম লৈত্রে।

সিজ— তাও ইবেম্মা! ঐনা ওসি লালপাও অমা কৈথেন্দগী তারকই। ওসি নিংথৌনা পাওনাবু জেনরেল খুভম পিরে, লাল চংকনি হাঙ্গনা তারে। ব্রজবাসীনা লালবু চংলবদি সোঙ্গদনা লাল লোঙ্গরনি হাঙ্গনা কৈথেল কাবীশিংনা লম্বেলদা মহৈ মহৈ রা রা ভাংনহৌরিবা, রাফম অসিনবু চুম্লবদি, রারুরম্মু ইবেম্মা! লৈবাক্কীদি অফবা ওঙ্গবা য়ারে। অতুবু লাইবক থিরবী ইচোমদদি পাও অসিনা তাশোন ওঙ্গনা পাল্লে।

লৈমা— করিগীনিনা ইমা ?

চিংলেন—( চংকক্তুনা ) ইমা। ঐদি কৈথেল মমুংদ ইমাবু কোইথি থিরুরে।

সিজ— করিগীনো ইবুংঙো ? নপোক্কী তৌদবা থবক ? তাও ইবুংঙো !
নংগী ওঝা ব্রজবাসী অথৌববু খোংজোমদা লাল চৎলনি
হাঙ্গীববু অচুম্বা ইবুংঙো ?

চিংলেন—অচুম্বনি ইমা ! ওঝা লাল লেংবা তারে ! ওঝাদ কৎননবা
অথেনপোৎ খরদং লাংমনবা হাঙ্গীত্বুনা ইমা উনবা লাকপনি ।
নচাস্থু ওঝাগী থৌগল ফংজত্বুনা লালফমদা চৎচরুগে ইমা !

সিজ— ( সন্নাঙ্গী লাওনা মিৎলুদ ইরা চেন্না ) লাল চৎপা তারে ?

চিংলেন—ইমা ! নচাস্থু ওঝাগী থৌগল ইঙ্গরুগে ।

সিজ— ইমাগী ইবুংঙো ! লাল চৎপা য়াদে । ইমাগী সেবা তৌখো ।
নংগী ওঝাদ কৎনবদি ইমানা সোঙ্গদনবা লাংগনি । ( মচা
কোন্দুনা ) ইমা ইচাদ লৈজবদা নংনা চৎপ্রবদি ইমাদি
করম্না লৈহৌনি । লাও ইবুংঙো চৎসি য়ুমদা ।

( মচা পুত্বুনা চৎকে তৌই )

মপা— ঙহাক্ত ঙাঙ্গীবীখো ইমা !

সিজ— করি হাঙ্গীবীগদবা ?

মপা— ইমা ! শিরয়োঙ্গদবা মিংচৎপুদি কিত্বুনা, সোঙ্গদনা শির-
গদবা—ইমানা কনবস্থু ঙম্মোঙ্গদবা ইমাগী ফিজিগী লল
অদো চেৎনা পুনশিন্দুনা থমদৌরি ? ইমাগী নচাদি মদোমনি ।
মশিং থিব ঙমদবা মৈতৈ লৈমগী মপারি কয়াগী থন্নাঙ্গনা,
মৈত্রবাক্কী মাইকৈ অহুমদগী, মরৈবাক মজাতিগী নিং তম্ব
ঙাক্লবগী দমক্ত। তামনা কৌরিবা ইমা নংদি তাত্রিবোই—

ইশৈ ঃ—

তারো তারো মৈতৈ চম্নু!
মরৈবাক্কী দমর্ক্ত কংথ্রবা থব্লাঈনা
কৌরিনে মীপুম খুদিং
নচা নথাদ লোৎলহুনা
য়াইফ তাল্লিবা খোংথাং হনখিদরা?
কাঈনবনা চাকসম্নু থব্লাই
তমথিরবা লানফমদ থাওনে নচাশিং
মখোঈগী থৌনান মাই পাকত্রবম্নু
থব্লাঈশিংনা পুম্না কৌনি মীয়ামদা
শান্তিগী ফিরান হাঈগৎনবা!!

[ সিজনা মচা কোম্না হন্না য়েংহুনা চৎথ্রে।
লৈমা মপা মচানা ইশৈ শক্লা ইম্নথ্রে। ]

*Light Off*

## ৫বা উৎপা

## "সোরোক"

নিত্যাইবাং চিথেক।

তাং ২০ এপ্রিল ১৮৯১ নিংথৌকাবা।

পাওনা ব্রজবাসী মেঞ্জর জেনরেল লালগী ফিজোন শুনা লৈতেংদুনা ঙক্তা নির্ম্মল্য পরেং শিনা দোলাই তোংদুনা বাঝাই বেঙ্গুন খোংনা লাকই।

চিংলেন—( মন্নুংদগী ) শ্রী শ্রীগোবিন্দগী।

পুরুষ্লানশিং— "জয়"।

চিংলেন—মেঞ্জর জেনরেল ওঝা পাওনা ব্রজবাসীগী!

পুরুষ্লানশিং— "জয়"।

পাওনা—মৈতৈগী অকল অথৌ, খোংমী লান্মী পুন্নমক! ঙহাক্তা লেপ্লিখো। মফম অসিদা ঙাইহাক্কুং পংখিবা তারে। ইনাওশা! দোলাই ঙহাক্ত থাও।

[ বাঝাই বেঙ্গুন খোংবা লেপ্তুনা দোলাই থারে। চিংলেন স্নানচিংবা পুরুষ্লানশিংনা অথেনপোৎ পুবী মমা সিজ লোইননা চংলক্তুনা খুরম্মি। পাওনা দোলাইদগী কুমথদুনা— ]

পাওনা—মমাসি ইবেম্মস্থ লেংবিরকই?

সিজ— (পাওনাগী মাংদ অথেনপোৎ থমদুনা) মেঞ্জর! ননাইশিংনা

মখোঈনা ঙমজবা অথেনপোৎ খরা মখোঈগী ওঝাগী মফমদা কৎচনি হাঈদুনা পুজরকই ।

পাওনা—য়ারে মখৈ—ঐদো মমাসি ইবেম্মা । শ্রীযুৎ স্না য়াথং তপ্পা য়াদবনা য়ুমদগী "খুৎসু থাংলেন লিশিং শামুদং" লৌরক্লগা পন্দ, শ্রীগোবিন্দ খুরমজরগা খোংজোম তম্না খোংশান্দোক-চরক্লিবসিনি, ইচা ইনাওশিং কনা উনরমদ্রে নিংজববু, শ্রীগোবিন্দগী থৌজান্না ময়াম লমথাংদা উনবা য়াম্না নুংঙাঈরে । ইচাশা । ইনাওশা । শ্রীগোবিন্দগী নাম কাওম্নু—ঐনা চৎপা অসিদা অমুক্তং ইরৈবাকপু কঞ্জদুনা য়েক্লবা মাইথিবা পিরগা মাইপাকন হল্লক্কুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল ফংগি-ম্নখিনি । লাইনিং পরৈ চেৎলম্মু—লৈবিহৌরা মমাসি ইবেম্মা ! ইচাশা ! ইনাওশা ! লৈহৌরো ঐ চৎলুখিগে ।

( দোলাই তোংগে থৌই )

চিংলেন—( পাওনাগী মাংদ খুকউ লৈতানা থত্তুনা ) ওঝাবু ননাই ঐখোঈ ওঝানা লাল লেংবদা থৌগল ফংজগে হাঈনা লালগী থৌরাং লোইজদুনা যাত্রা থৌদুনা লাকচরবনি, ননাই ঐখোঈবু ওঝাগী মাং থানা পুবিয়ু । ননাই ঐখোঈনা মীরোল খংলকপদগী তমজরক্লবা ওঝানা তাকপিবা থাং-তাগী ইহৈ অরেম্বদা তাহনবীগম্নু ।

পাওনা—উম্-ঐনা ময়াম্বু লালদা পুরোই হাঈনা য়াখিদে । অদুবু—ইমা ! য়াইফবী মৈতৈ লৈমা ! অসিগুম্বা থৌনা ফবা

নহারোল নপারিশিংনা লৈবাক থম্না পোক্লবী ইমা!
মমাগী খোল্লাং লমল খরতা ওঈরবসু শিংজবা ভম্নবা
অপোকপী পলেম মমাগী থোগল ফংজগে হাঈনা চোংথো-
রকপা থৌনাফবা নপারি নহারোলশিংবু ঐনা অপনবা
পিথুনা কাঈননবা শিল্লুবা ঐগী চাওরবা ইরাল অসে
থৌজালহৈরবী ইমা ভাকপিয়ুকো নচাবু। (কোংখত্তুনা)
লেংখৎলো স্নাখ্বা ইবুংঙো; লাও ইচাশা! ইমাওশা!
য়াইবী থরাই পাম্মুদা য়েক্লবা মাইথীবা পিথুনা ইরৈবাক
পোক্লমদমবু কল্লুসি।

চিংলেন—য়াইফবী ইমা মৈতৈ লৈমনা—

পুরুন্নানশিং—য়াইফরে।

চিংলেন—অথৌবা ওঝা মেঞ্জর জেনরেল পাওনা ব্রজবাসীনা—

পুরুন্নানশিং—য়াইফরে।

সিজ— [ মিংলুদ্ তরং লাইজ ইহৌনন য়েংলম্বদগী মখোন থোক্লা
কপ্তুনা— ]

ইমাগী ইবুংঙো! ইমানা নমিং পেন্না কৌহৌগে—
ইমাগী চিংলেন স্না চাওদবা! ইমাগী চিংলেন—

পাওনা—মমাসি ইবেম্মা লেংও। মমা ওঈবীনা কপ্তুনা লৈরগা
মচা ওঈবা ঐখোঈনা করমনা চৎচবা ভমগনি। য়াইফ
তানবা চৎপদা ইমানা নোক্লা নোক্লা—চৎচনবা স্না য়াথং
পিবীরো।

সিজ— মেজর! ( কপুনা য়েংহুনা লৈ )

পাওনা—স্না য়াথং করি তাকপীনিংবা ?

সিজ— ঐগী ইচা ননাই চিংলেন স্নাসে ওঝানা লাল লেংবদ'—
"ওঝাগী থৌগল ফংদবা য়াদে" হাঈহুনা মমা ওঈবী ঐনা
চংলম্নু হাঈন খাম্ববু য়াব কৌবা লৈতা লাক্লবনি। মেজর
ননাইবু অতেগুম্না খনবীগনু—চিংলেনদি—ভরাং পোকপা
ভখানা খোংবান লালম খংদবগুম, নহাল কোকপা
য়েরুমনা চিন্নাইদবগুম লালগী ক্লাল্লম খংজদবা নারানি।
মেজরনা লালফম য়োরবদ অভাংবু, কসা পাওতাক য়েনমুবী,
লোইমোম ফোগো য়েন, চীংশা মানবা থৌনিরেন কৌক্র
স্না পুরুম য়েন, চায়োক ফবী য়েনবীগুম ননাইবু চেৎনা
লাঙ্গোনবীয়ু। লালফমদা ননাইনা মাং থারগা নপু ননাই
চংহুনা য়েক্লবা মাইথীবা পিরগা লৈবাকপু কল্লকউ। লাল
ভমহুনা মেজরনা মাইপাক্লা হল্লক্লগা চিংলেন স্নাবু থনমহুনা
—"চিংলেনদি য়াওরক্লে"—হাঈবা ব্লাহৈ অদো মমা
ঐভোন্দ হাঈবীরগনুকো মেজর! মাংথানা ইচাসু পুবীর-
ক্রুনা মমা ঐভোন্দ শিন্নবীয়ুকো মেজর!

পাওনা— ব্লারগনু ইমা! পুম্নমক শ্রীগোবিন্দগী থৌজালনি
ঐখোঈদি করিসু লৈতবনি, মৈতৈ লৈমগী মথাদা চেৎনা
কোন্দুনা থম্বা অকন অথৌ মপারি কয়ানা নিং তম্ব
লালফমদ অরোইবা খোংচৎ তান্দুন পলেম তমপাকথক্তা

খমন্নুং য়াহিপ্প য়াইবি থব্বাঈ কৎনরি। মরৈবাকনিংবাশিং অতুগী লম্মলশিংবা ঙমজনবা ইমানা শ্রীগোবিন্দগী নামবু কাওবিন্নু। লেংশল্লো—

সিজ— (চিংলেন কোন্দুনা) ইমাগী ইবুংঙো নংগী ওঝাগী থৌগল কাঈগনু। ইমানা ইচাগী দমক্তা বৃন্দামালা লেংলগা শ্রীগোবিন্দদা কত্তুনা ইচাগী মঙ্গল নিজরগা নির্ম্মল্য থনমগে। চরৈ ফিগাও শাত্নুনা থরাই থোঙ্গান্দ ইমানা ঙাঈত্নুনা লৈরমগে। লাল ঙমলে হাঈত্নুনা ইচানা মোমোন নোক্কুনা হল্লক্লগা তরা লুকোই অমদা চেক্লাগুম চিন্দিন্ন পোম্বীগুম পাওমেন্নসি। মতম পুন্নমক্তা পলেম লাইবক-থিরবী নমা ঐবু কাওগনু— "মালেম লৈনা লুম্বরা পলেম ইমানা মরুমই" —পুন্নমক্তগী নমানা হেনবনি। ইমাগী ইবুংঙো কাওগনুকো। পারি চিংলেন মঙ্গল ওঈয়ু (নান-বীত্নুনা) ইচাগী নিংজবা পুম্বা শ্রীগোবিন্দনা থুংহনবীসনু।

চিংলেন—( মমাগী মখোংদা খুকউ লৈতাত্নুনা ) ইমাগী স্না য়াথংবু ফিগাও শানা য়াজরি; ননাই চিংলেননা পোক্লমদম্ব ঙাকচবদা, নচানা তমজবা বিদ্যাবু কাওজদবা ওঈজগে ইমাগী পদধুলী পিনবীয়ু।

[মমাবু খুরম্মপা মকোক্তা পদধুলী হাপ্তুনা] ননাই ঐ ওঝাগী থৌগল ফংজত্নুনা লালফমদা চংচরগে? ইমাগী য়াথং পিনবীয়ু।

সিজ— চৎলোকো ইবুংঙো ! অথৌবা লেংবিরো—

পাওনা—ইমা চৎচরুখিগে।

সিজ— অথৌবা পাওনা ব্রজবাসীগী !

ময়াম— " জয় " !!

[ পুরুম্বাম্বা অথেনপোৎ পুসনখরে।
পাওনা দোলাইদা তোংখৎতুনা ময়াম্না কোঈনা থৌগল তৌরগা হাম্নগুম বঝাই বেঙ্গ্লন খোংতুনা চৎখ্রে। সিজ কপ্পা কপ্পা ময়াম্স্রু মিৎকম হোংদ য়েংতুনা মুংবংনন লেপ্লুনা লৈহৌই। ]

---

*Interval*

# ২বা মতাং

## ১বা উৎপা।

## "খোংজোম লাম্বল"

ময়াঈদ মৈত্রবাক্টী নিংতম্ব ফিরাম্ন হাই হুম্না পাইরি।
বঝাঈ বেঙ্গুন মখোম্না পুমনিন নিল্লি।

য়েংখোঈবা—( হঙ্গং হন্দা চত্তুনা লালগী লালওং য়েংলম্বদগী ) লাল্লুপচিংবা! লাকইবা অদো—লিক্লাই ইবুংঙো শ্রীযুৎ নত্রগা মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ নত্রবদি বঝাই বেঙ্গুন খোংলিবহু হুজিকমক লেপ্পু হাইয়ু। —থরাঈ খুবাক্তা হাপ্তুনা শিত্র চংত্রা খংদনা ম্লানা খাংহুনা লৈনরবা মতম অসিদা হরাও মথোই কাবগুম—

লাল্লুপচিংবা—( চংলক্তুনা খুরম্মগা ) মেঞ্জরবু অতোপ্পা কনা নত্তে পাওনা ব্রজবাসীনি। সন্দ্রুপ্পা দোলাই তোংলে, নারেকপা পেজাও খম্না পজেং ফিরান থেংলে। পাওনা থারকপা য়াই হাঈনবহু চুমলে।

চিংলেন—(মন্নুংদা) ওঝা মেঞ্জর জেনরেল পাওনা ব্রজবাসীগী—

ময়াম— "জয়"।

( বঝাই বেঙ্গুন খোংবা লেপত্রে )

য়েংখোঈবা—হে হে পাওনা ওঈরে। লালনংনব মেঞ্জর ফমকা থিন্দোকপিরক্লবা? ফৈ লাকসন্নু, ঐখোঈগী মতেং ওঈনবনি।

চৎলো লাল্লুপচিংবা ! য়েক্লবনা লান্দারক্তি ৈডদা ঐখোঈগী থৌরাং পুম্ব লোইহৌনবা হোৎনৌ ।

লাল্লুপচিংবা—মেঞ্জরবু ! মৈরাবা মেঞ্জরগী লেমহৌবা লাম্মীনা থোংজোম লাম্বল য়োরকপা সিগী মথক্তা ব্রজবাসীনা তেঙ্গোলগা লোইননা লাকপা অসিদা নিংহন্নরবা মা লৈবাক্কী লাম্মী পুম্নমক থৌনা হাপ্তুনা মাইথোং মকা লাম্নরে ।

য়েংখোঈবা—য়াম্না ফরে, ঐখোঈগীসু লাম্মী য়ামখৎলবনিনা অনৌবা লালচং হৌরসি সেম শাবা সোইরুরো ।

লাল্লুপচিংবা—মেঞ্জরবু । ( খুরম্নগা চংখ্রে )

পাওনা—( চংলক্তুনা ) ইতাও মেঞ্জর ! চান্নথোইবা মরূপ !

য়েংখোঈবা—(মখুৎ তিংথোক্তুনা) ইতাও ব্রজবাসী ! (চেৎনা চান্ন কোম্নে)ইতাও লাকপা ফখ্রেদা ইতাও চোংথা মিঞা মেঞ্জরগা ঐখোঈ অছুম চংহনা অমুক্তং ইরৈবাক ঙাকপা ঙম্ব্রা য়েংসি ।

পাওনা—ইতাও মেঞ্জর শ্রীগোবিন্দগী থৌজাল্লি । ঐনবু করি ঙমনি, কল্লিবু খঙ্গদগে ইতাও ! ইতাও মিঞা মেঞ্জরনা কদোমদা লৈবা ?

য়েংখোঈবা —ইতাও মেঞ্জরনা শগোল তোংবা লাম্মীশিংগী লুচিংহনা নাকোঈদা চোঈথোরক্তুনা ইম্ফাল তমলগা মা কোম্নুং পাংন হাঈজিনখিগদবা য়েক্লবগী লাম্মীশিংবু থিংননবা লাঞ্জাখি্র ।

পাওনা—লালওংনা করম তৌরিবা ? য়েক্লবা ম্লেছশিংনা কমদৌ-ম্বিবা ইতাও ?

য়েংখোঈবা---ইতাও ব্রজবাসী ! করিবু হাঈনা তমসিগে। লালগী ফীভম য়াম্না লুরে। য়েরুবনা তকশিল্লকপা ভারুবা হোৎনবদদ মৈতৈ তেঙ্গোলনা য়াম্না য়ানা থোক্লে। সোমদা লাকপা য়েরুবগী তেঙ্গোলদি য়াম্বগী মথক্তা তত্তনা থোমজিল্লকপনা হন্থবা লৈত্তবা, ঐখোঈগীনা ময়েং অস্থুম তাথরকপনা লাম্থোং শিনবদ য়াম্না লুনা থোক্লে। মপুং হোৎনরিবৈদা চোঈথোরকপা য়েংবা ভমহৌদবদগী—ইতাওবু তারব্রা ? য়েরুবা লাম্মী ৫০০ রোমনা নাকোঈদা স্না কোন্নুং তম্না হুত্নুনা চৎখিবা লমখাংদা ইতাও মৈরাবা মেঞ্জরনা লাল চংলকপদা য়াংজিং ময়াদা থেংনহুনা য়েরুবগী তেঙ্গোল থিংহুনা পুমতাক তাক্লা মাংহল্লমলগা মৈরাবা মেঞ্জরদি অরোনবা নোংমৈনা পান্দুনা লমখাংদা লৈখিব্রেদো ইতাও।

পাওনা---স্না কোন্নুংদ ভাজরক্লে, মরাঈবক ফবা---মাগী মশরুক মরৈবাক কল্লম্মগা মথৌ শিন্থা লোঈরে হাঈহুনা হনথ্রবা মথৌনা লৈবা মরূপনি। ইতাও মেঞ্জর ! হৌখিবা হৌখ্রে, অসুক কুইনা য়েরুবনা খুদোংচাবদা লৈরগা ঐখোঈরোম্না য়াম্না য়ানা থাংলে। অসিরাঈদা লালশং শাবা অসিদি য়াম্না ফত্রে। মফম অসি হোংদোক্লুনা অফবা মফম অমা য়েংহৌবনা ফগদ্রা ইতাও ?

য়েংখোঈবা— ইতাও ! হঙ্গৎ হন্দা হোংদোক হোংজিনগী মতম লৈত্রে। কান্নদে--- য়েরুব সরকারগী তেঙ্গোলসি য়ামগ্রব উবদ অঙকপনি। থৌরাং লোইহৌত্রিবৈদা হুপথরক্লুনা

তুম্না মাংহুনা তোক্কনি। মাইপাক্কনি হাঙবা উত্রবা অকিবা লালফমনি। খোংজোম অসিমক য়াম্না খুদোং চারে।

পাওনা— নিংথৌ অমাইবা কনানা? লৈবাক অমাইবা কনানো? লানগী মাইকৈ করম্না খংবা পণ্ডিতনো? ইকোপ নিংথৌগী চাক্তাম্মুং, তুবী লাইরেন খুনদিনফমদ মৈতৈ তেঙ্গোলগী লাম্বল শারম্বদে?

য়েংখোঙবা— করিগী অহুক শাওরি ইতাও। ঐদ নত্ত ইতাও চোংথা মিঞা মেঞ্জর য়াওনা খন্নহুনা ঐখোঙ অনিনা শাবা লাম্বলনিনে ইতাও।

পাওনা—য়েংবিয়ু মেঞ্জর। লৈচিন কাতুপ হুইথরিবা তুবী লৈরোং শারিবা অসিগী মখাদা লালবল শাবা হৌনদ্রে। মফম অসিদা লৈহুনা য়েক্লবগা লাল থেংনবদি য়াম্না অকাঙবা ওঙরনি নিংলে। মফম অসি হোংহৌসি মেঞ্জর!

য়েংখোঙবা--কমদৌনা কাঈগদৌরিবা?

পাওনা--মেঞ্জরম্থু খংবীফম থোকইনা— মৈতিংগু হোংনেম য়োই খুঞ্জাও নাওথিংখোংনা উত্রোং হোংগে হাঙহুনা লমলেন লালোই লৌচীংথাং, চীথাং থাইলং মৈদা হৌবা তলা পামেল অরোংববু খোংজি নারেং লোন্দুনা থৌরি থাংলগা, নিংথৌগী উশিং লাওবনা লাওর লাওরহুনা চিংহুনা পুরকপদা মফম অসিদা তলা পামেল অরোংবনা থেংহুনা উশিং লাওবগী মখোংদা শোকই হাঙনা--"খোংশোক" --- হাঙরম্বদগী "খোংজোম" হাঙনা কৌনখিবা লাইগী

খুদম লৈবা ফত্তবা মফমনি। সিগীসু মথক্তা মফম অসি মমাংঙৈ মৈতিংঙু পামহৈবা গরিবনেৱাজনা---"চাকতোন ফিদোন লোমগনু " হাঈরম্বনা খোংজোম খুন্না মফম অসিদা তাবা ঙমদতুনা হন্দোক্লগা খুন্দাখ্রিবনি। হুজিকসু--অচং থোং খংনা লমসিগী লৈবাক তংতুনা খাত্রা, শিনত্রা ? অফবা মফম ওইনম্বা লৈবাক য়াওরিত্রা হাঈন য়েংবিরত্রা ?

য়েংখোঈবা···ব্রজবাসী ! ঐনা তাগে হাঈনা তাববু ঐঙোন্দ য়ান্না তাক্লরেদা---

পাওনা—হঁা—মেঞ্জর তাকপগী ৱাফম নত্তে নিংশংনবা তান্নবা ৱাফমনিনা। পুন্নমকসিসু থম্মে'---হুজিক হুজিক খুদোংথিরবা, য়েক্লবনা লাংঙথেন, খুনুদা চীংজেন, মনাক্ত লৈবা মতাচাবা চীংথক কয়াদ লৈথ্রগা বম, তোপ কাপথরক্তুনা অৱাংবদগী অনেম্ব তমদা লালবন শারিবা মৈতৈ ঐখোঈগী তেঙ্গোল মথক্তা তাদুনা পুথ্রিদা লৈতুম থাদবগুম থোকলে। ঐখোঈসু খেবচীং মথক্ত লানবন শারগা অনৌবা মওংদা য়েক্লবা থেংনসি। নত্রগা--খোংজোম পুমথা থাদোক্লগা ককচীং পলেল লোমদা নাকোঈননা চীংগী অরোনবা লম্বীদা চংলগা চীংগী মরুম থুপনা লৈরিবা য়েক্লবগী তেঙ্গোলদা লানদাতুনা, সোমদগীনা তকশিল্লগা অসোমদগী---থৌবালদা লানবন শাতুনা লৈরিবা স্নাখ্বা ৱাংখৈরাকপগী তেঙ্গোলনা থংহল্লগা চপথাইদুনা মাংহনবা, অনৌবা চংলকপসু ঐখোঈনা

অরাংবা চিংথক্ত লৈহৌতুনা চীংগী মরুমদা থুপনা থিংহৌসি। মফম অসি হৌজিকমক থাদোক্কদবনি।

য়েংখোঈবা—ঐঙোন্দ হুকুম তৌরেনা ?

পাওনা—হুকুমগী ৱা নত্তে তৌফম থোকপনিনে।

য়েংখোঈবা—লানফম অসিগী লুচিংবা ঐনি, ঐনা শিনবদা ইনগদবনি কনানা শিনবদা ঐনা ইনফম থোক্কে।

পাওনা - হুঁ। —মেঞ্জর লুচিংবনা সোঈরগা নখাদ লৈরিবা লৈবাক মীয়াম্না ৱারিবা, নশাতগী য়েংতুনা "ঐ সোঈদ্রগা লোঈরে"--

য়েংখোঈবা—নথক্তা লৈবা মেঞ্জর ঐহাকনি। ঙরাংতা লাল নংনবা মেঞ্জর ফংলগা মী উদ্রনা ? থকসি খাসি নাইনা চৎনসি। উশিং থওঈদা—

পাওনা—করি ৱানো য়েংখোঈবা ! নরাইবক থম্বাল শাত্তুনা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্নরুবগী ওঈজবা মেঞ্জরনি। করম্ব লালফমদা য়েক্লবা কনা ঙমতুনা ফংবা মেঞ্জর ফমনো ? মেঞ্জর ওঈববু অতুরা ?

য়েংখোঈবা—হুঁ।---হুঁ।---হাঈবগা তৌবগা-- ইতাও চোংথা মিঞা মেঞ্জরনা হাঈবদো হেক তৌরৈদা---

পাওনা---করি হাঈরিবা ? ঐবো---মিঞা মেঞ্জরনা করি হাঈনা হাঈরিবা ?

য়েংখোঈবা—ইতাওনা হাঈৰহু অচুম্বনি। অসুক য়াম্না লুশিল্লক্লবা লালগী ফীবমদা, নিংথৌ শেম্বা ঙম্বা, নিংথৌ চৈরাক ফংতুনা মতম কুইনা উত্তোং চেংহুন চাতুনা কৈশুম শংদা বন্দি

লৈরুরবা মীশক্কা লাক্লগা লৈবাক নিংথৌগী ফনবা তৌর-
খিগদ্রা ?---

পাওনা—ঐবো-হ্ঁা-হ্ঁা-ব্রজবাসীবো— হ্ঁা-হ্ঁা-হ্ঁা- মিঞা মাদি
কনানো ? অন্নানা ফাত্নুনা চহি কুমলাং [ য়েংখোঙ্গবা
থওইনা তাশিন্নদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈ। ] কয়া অন্নাগী
কৈশুম শংদা মিয়াৎ তাত্নুনা লৈরুরবদগী মৈতিংঙু স্বুরচন্দ্র
স্না হাকতক্কা লোন্না চেল্লক্কুনা স্না থৌগল ফংজবদগী,
নিংথৌনা স্নুংশিবীত্নুনা মিয়াৎ মিয়াৎ কৌত্নুনা লংনবীবদগী
মতুংদা—চোংথা অঙৌসিং মমিং মুত্তুনা মিয়াৎতগী চোংথা
মিঞা কৌনরিবা মা কাওরে হাইব্রা ? সিস্ত তোকলো
হুজিক মৈতৈ স্না লৈবাক্কী মপু ওঈরিবা মৈতিংঙু কুলচন্দ্র
কনানো ? ময়াম্বুং ইবুংঙো স্বুরচন্দ্রগী মথক্তা লোন্না
অহিংদা লালদাবা, মনাও ইবুংঙো, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল
মেঙ্গরনচিংবা নখোঙ্গ অঙম অথৌ পুন্নমক নিংথৌ শেন্বা
নত্রা ? নরাইবক ফবদগী স্বুরচন্দ্রনা মাইথিত্নুনা চেনখিবদগী
মৈত্রবাক্তা ননিং নথা তম্না পাল্লি। করিগুম্বা লাল অত্নুনা
মাইথিরম্লবদি নখোঙ্গ করি ওইফম থোকই ? ঐনা কনাগী
মীপোৎ হুরানবগী কৈশুমশংদ লৈব্রা ? হৌখিবা নিংথৌ-
রেনশিংনা সাহেবকা লৌতুনত্নুনা ইরৈবাক য়েংলক্তবদগী
পোক্লমদমগীদমক্তা য়াইফ তানগে খল্লুবা লাইবকথিবনা
অরেম্বা তাগ্রে। হুজিকস্নু ঐনা "লাল চৎলোই হাঙ্গবদা"
কনানো মৈত্রবাক অসিদা ব্রজবাসীগী ইশা সাগল লাক্কুনা

চিংলগদবা ? ঐদা নত্তা থাম্বা য়াত্রবা ইচাশিং ইনাওশিং য়াওনা ইরৈবাক্কী দমক্তা চোংথোরকপা লমখাংদ মিংদা থিবা পিতুনা অপনবা পিরম্নু। মফম অসি থাদোক্লগা খেবচীংদা লালবন হোংতুনা অনৌবা মওংদা লানথেংননবা শিল্লু নত্রবদি—

[ য়েংখোঙ্গবগী মনাক্ত চংশিল্লগা মুন্না য়েংই ]

য়েংখোঙ্গবা—নত্রবদি করি—

পাওনা—নত্রবদি—য়েংখোঙ্গবা, মিঞা অনিনা লৈবাক নিংথৌগী তৌবা ওম্বা পুম্নমক ব্রজবাসীনা তাদনা থোইনা হেন্না তৌবা ওমগনি খংউ।

য়েংখোঙ্গবা—ফৈ কদোগে— নথৌনা লৈরগা নংগা লোইনরকপা তোঙ্গান পুতুনা অপাম্ব মওংদা য়েক্লবা থেংনরু চৎলু। হৌজিকমক ঐগী লানশং থাদোক্তুনা চৎখ্রা চৎলু।

পাওনা—করি য়েংখোঙ্গবা ? তিন্নবা মরূপনি হাঁ— চুম্না নংনা হাঙ্গনিংবা পুম্না হাঙ্গয়ুনা। থিনা চৈবা ফাওবা য়াই। পানা মরিগী মন্নুংদগী মীশক খনগত্তুনা পুন্না তিল্লবা খোংজোম অসিদা নংনা ঐবু তানবদি নতিক করি লৈতুনা ? মৈত্রবাক্কী মপু শ্রীযুৎ স্না য়াথং—পুম্নমক ঐঙোন্দ শিন্ন-রক্লবনি। মপানগী য়েক্লবা ম্লেছ কোন্না থেংনগে। মৈতৈ স্না লৈবাক্কী খোংমী লান্মী অরেম্বদা মাংহন্নবা শিল্লম্না মন্নুংগী য়েক্লবা হান্না মাংহনগে। নখুৎশু থাং পাঙ্গতুনা

চোংথোরক্লও নিপামচা থোদাং য়েংনরসি। নংনা ঙম্মে ঐগী থরাঈ লোয়ো। ঐনা ঙমলে নংগী থরাঈ লৌরগে।

য়েংখোঈবা—নংনা করিদা হেন্দুনা ঐনা করি য়াত্তুনা—

( থাং শংলি )

পাওনা—নংনদি করি হেন্দুনা---( থাং শংলি )

[ অনিমক থাংগী ফিবম ভৌনয়বদা, চিংলেন স্নান থাংগী থাংলোম্না থাম্লগা খুরমহুনা— ]

চিংলেন—ওঝাসু ইপুসু অমুক্তা ভপথবিখো। সা লৈবাকী তেজোন মীয়াম্না হাঈজরি। ইয়েবাক ঙাক্তুনা, য়েক্লথা ম্লেছগী মথুত্তগী অমুক্তং কনবা ঙমত্রা য়েংসি হাঈনা লাক্লগা, তাংলবা লুচিংবা মেঞ্জর অনিনা অশাওবগী মৈরিদা চাক-থেক্লহুনা অনিগী মরক্তা অমা সোঈবদ অরেম্ব ওঈরে। তুংইঞ্জরিবা নচা ননাওশিংগী অমুক্তা থম্বীয়ু। ওঝাবু। মাং থানা থৌগল ফংজগে ঙাঈজরিবা ননাই চিংলেনবু কাওবিরব্রা? ( খুরম্মি )

পাওনা—( সোর হম্বনা ) উম্-- [থাং হস্থিল্লগ ঙহাক লুলুক্ল য়াথন্নহুনা মখুৎ তুংবুন্নন হঙ্গংহন্দা চংলি।]

চিংলেন—ইপু মেঞ্জর! অমুক্তা তাবিয়ু। ওঝানা হাঈরিবসি পংকাই কাঈদে হাঈনা মীয়াম্না হাঈনরি। তরা মচা তিল্লবদি অথংবা কোঙ্গাই য়াওই, করি লৈবগে হাঈবা তরাগী য়াখন লৌরগা থোঈনা হেম্না ফনবা থন্নবনা চুমই—

য়েংখোঈবা—করি চিংলেন স্না ? নয়াদ অমৃত রস কোকত্রিবা অঙাং নরা নহাক্না ঐঙোন্দ অমুক তাক্লয়ে ?

চিংলেন—ইপু মেঞ্জর । চিংলেন ঐগী ইন্না লৌবীয়ু হাঈজবা নত্তে । অথং অহৈগী মরাদি লৌবীয়ু হাঈজবনি ।

য়েংখোঈবা—চিংলেন ! নংনা অমুক পোম্বী খুন্নু মখোংদা মোমন্নুগী শমলাং লৌবগুম নত্তিক করি লৈহ্নুনা লৌগনি । য়াইবী থরাঈ পাম্মুদা খুংগু থাংলেন পাঈরিবৈ চিংলেন নথরাই মাংজনি ।

চিংলেন—হঁা—ইপুনা অহুক য়াম্না শাওবীববু করিগীনো ? কনানা থরাঈ পাম্মুবা ? পাম্মুদবনা কনানো ? শিব কিদ ইরৈ-বাক্কীদমক থরাঈ কংলগে লাক্লরবা ঙাক্কি । ইপুনদি ঙস্নীরগা, ঙমম্মোঈদবা কনা য়াওরিবগে ? পংহাঈ হাঈবীনুদ—

য়েংখোঈবা—ঐগী চিন্থক্তা অরং অরংনন ? চিংলেন নঙক ককউরা ? নং নথরাই মাংনিংলে—

চিংলেন—ঙাঈখো মেঞ্জর ! ঐ মৈতৈ মচা ইবুধৌ পাখংবগী ধারানি । অনিরক ঙাকপদি ঙম্মি । অহুন্নক শুখ্রবদি ইবুধৌগী ময়েং তাগনি । ইপু মেঞ্জরবু ঐ ঙাকপিবা ঙম্মোই ।

য়েংখোঈবা—চিম্থিবা নরা নং থাং চানিংলে ?

চিংলেন—হঁা—হঁা—ইপু লুংঙাঈদা, ঐ ওঝাগী পুরুন্নাননি শরুক মম্নি থোক্লগা শরুক অমা ফাওবা হৈক্তত্রিবনি । ইপুনা

পাম্বীবা—থাংগী বাগতা য়েংনসিরা ? তাগী নোংত্রেন চাঈ-
নসিরা ? অপাম্ব খঞ্জৌ মেঞ্জর !

য়েংখোঈবা—মতোঈনা চিংলেন ?

চিংলেন--করি পাম্মি মেঞ্জর ?

য়েংখোঈবা—( থাং হঞ্জিন্দুনা ) অতোখোই কনা লৈ খুৎশু তারেন
পুরকউ। লমহেনবা অঙাং য়াইবী লোৗগে। চাঈন লমশিং
৯ ( মাপল ) ওঞ্জৌহে।

[ লাম্মী অমা তা পুরক্কনুন মেঞ্জরবু খুবম্মগা তা পিরমহুনা
খুরম্মগা থোকখ্রে। চিংলেন স্নানা য়েংথৌনা লমজৈ
সেমহুনা লমশিং মাপল ওল্লগা, ওঝা খুরমহুনা থোকখ্রে।]

চিংলেন—( মপান্দগী ) মেঞ্জর লমশিং ওনবা লোৗঈজরে নশুনা
থবাক লোংনা ঙাঈজরি হান্না তা লংবিরক্লো।

য়েংখোঈবা—লমহেনবা অঙাং অরেম্বদা শিজগে থৌরাংবা—
নংনা নিংগদবা সোনগদবা লাই নিংজ সোনজরোহাই—
( তা লংখি )

চিংলেন—(লমশিং ওনবা য়েংথৌ পাঈনা চংলক্কনুনা) হঁ—হঁ—হঁ—
ইপু মেঞ্জর! ইপুনা লংবিরকপা তা ইশা খেৎনা পাইখ্রে।
নশুনা অমুক লংজরকপা তারেদো, মফম চানা লেপ্পিরে।
অহুবু ইপু! নরা চিংলেন্না অরেম্বদ মাংবদি তুমিৎ য়ুরান
অমা শিবগুম্বনি। মৈতৈগী অকন অথৌ মরক্তা শিংথা-
নরবা ইপুগুম্ব মেঞ্জর অমনা অরেম্বদ মাংব থোক্লবদি মৈতৈ

ঐখোঙ্গী নহুৎ ফংলবোঙ্গদবা অৱাবনিদো অতুনা লমওন-
চৈ য়েংথৌ অসিনা হেক্তা লংজরক্লগে। লেপ্লিরো ইপু!

[ চিংলেন মপান্দা থোকখ্রে। য়েংখোঙ্গবা থবাক লোংনা মফম চানা লেপলে, য়েংথৌ পাঙ্গশিল্লক্কুনা মেঙ্গরগী থবাক্ত থিন্দুনা মরু লুক্তা ইকাঙ্গনা খাংখি। ]

পাওনা—শোক্লগরা ইতাও?

য়েংখোঙ্গবা—শিখিবনা হেন্না ফৈনা—

পাওনা—করিগী শিগনি? অশাওবনা মাংওঙ্গনতুনা য়াইফ তানবদ ঐখোঙ্গ অনি অরেম্বদ মাংলমগনি। নহাযোনশিংগী মমাংদ ইকাঙ্গদা—কান্নদে ইতাও! ঐখোঙ্গ মশেল নিংঙাঙ্গ শাংথনতুন— "যেরু মাং চাং তাব" থোক্কনি। য়ারৌ-নমুসি—লাও—(মখুং অনি তিংথোক্লা ঙাঙ্গ)

য়েংখোঙ্গবা—করিগী য়াবৌগনি ইতাও! ঐনা শাওতুনা অকাঙ্গবা হাঙ্গখিবা ঐবু ঙাকউ—

( মখুং অনি তিংথোক্লা চংশিল্লি )

পাওনা—ঐবুত্থম ইতাওনা ঙাকপিয়ু।

[ অনি চেৎনা চান্না কোন্নখি।
চিংলেন থোরক্কুনা তরাওনা য়েংই। ]

মুংঙাঙ্গরে ইতাও! য়ারম্লবা ইতাওনি লামশংদ পোথা-বিরুরো। হান্নগী লালওং শিন্দোকপিবদা য়েরুবগী বোম, তোপ, নোংমৈ মরুমা শোক্তনবা খোংজোম তুরেন মরিন

তেংথোক্নুনা কোম পরেং তৌহনবিরগা লাম্মী পুম্মমক কোম মন্নুংদ থুপত্নুনা লৈনবা শিনবিরো। ইতাওগী নহুং শিন্না ঐ লাঞ্জাহ্নুনা লৈজগে। মতমসি ফনা থেংজল্লক্লে।

য়েংখোঈবা—ফনি ইতাও। ঐস্নু ঙহাক পোথারগা তন্না অমুক পাংজরগে। (চংঙ্গে)

পাওনা—স্নাখ্বা ইবুংঙো!

চিংলেন—ওঝাবু!

পাওনা—য়াম্না চেকশনবিয়ু ঐখোঈগী ফীবমসি য়াম্না খুদোং চাদ্রে। খুৎলাই ফবস্নু মীগীনা হেনবা, মীশিংস্নু মীনা য়াম্বা অসিগী মথক্তা মফম অফবদস্নু মীগী ওঈখিবা। য়েক্লবনা তকশিল্ল-কপদা ঐখোঈনা ঙাকথোক্লবা হোৎনবা নত্তনা ঐখোঈনা তকশিন্নবা লালওং উদ্রে। লালচিন থংলিবা ঐখোঈগী তেঙ্গোলসিগী খুৎলাইস্নু মতিক য়াম্না চাদ্রে—লানস্নু থেংনদ্রিঙৈনা চিনবান থক-খা কংলে—

( ব্রিটিশ সরকার রোমগী বোম কাপ্লকপা )

লেপ্লম্নু স্নাখ্বা ইবুংঙো লৈমাইদা হিপথৌ।

[ চিংলেন হিপথৈ পাওনা থক্তা য়েংনা থৈদোক্লা লেপই। ]

[ মৈতৈ তেঙ্গোন্দা বোম পোথাঈহ্নুনা পনমাং থংবা লাম্মী তেঙ্গোন অয়াম্ব শিরে। মীয়াম্না লাম্বন্দগী লাওরকপা—

মীয়াম— মাংলে মাংলে—

থরনা— ঐখোঈ শিন্দবা ঙাঈহ্নুনা লৈখিগদ্রা ?

খাংবু ১মা—অস্থুম তৌনা শিগদবগী শরুকপুদি য়েক্কবা তম্না চংশিল্লসি—

মীয়াম--চুম্মি মতুনা ক্ষরে---মতুনা ক্ষরে---

[ মীয়ামগী লাওবা মখোন্না পুমনিন নিল্লি ]

পাওনা— অমুক্তা তপথবিয়ু স্না লৈবাক্কী অথৌবা খোংমী লান্মী অপুম্বা ! কিবীগনু শ্রীগোবিন্দগী নাম শোনবীয়ু। হুরান লান্না হৈরবা হুরানবতনা মথৌ ওঈরবা, ঐখোঈগী মরু-ওঈনা য়েক্করবা ম্লেছনা হুরানছুনা কাপলকপা বোম পাওনানা থংজহৌদ্রে। মৈতৈ অকন অথৌ কয়াগী থৱাঈ কনজবা ওমজহৌদ্রে। অমুক হন্না বোম থারক্লবদি তেঙ্গোন পুম্নমক ঐনা হেক "জয়" লাওরকপদা খোং মন্নুংদা পাকথছুনা লৈবিয়ু। শ্রীগুরুগী কৃপা য়েংগে বমদিয়ার কক্তুনা মাং-হনগে ওমদ্রে মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা থৱাঈ থাগে।

[ খুৎস্থু থাং শত্তুনা পাঈরগা য়েক্কবা মাইকৈদা য়েং-ছুনা লৈরিঙৈ বোম কাপ্লকপদা বাগ চংনা ]

"জয় শ্রীগুরুদেবগী জয়"

[ চিংলেন লৈমাইদ পাকথন য়েংই ]

[ পাওনা চোংখত্তুনা বোমগী মৈনা ক্ককলে। ]

চিংলেন—( হৌগত্তুনা ) অথৌবা ওঝা পাওনা মেঞ্জর জেনরেলগী !

ময়াম— "জয়" !!

চিংলেন— ওঝাবু অশোক অপন থোঈদোকপা য়াওবিদেদনা— ?

পাওনা—য়াওদে স্নাখ্যা ইবুঙো ! শ্রীগোবিন্দনা কৃপা তৌবিরে।

চিংলেন— মুংঙাঈজরে ওঝাবু ! হন্দকমুক থারকপা বোমদি ননাইগী শরুক ওঈজগে ?

পাওনা— য়াদে য়াদে ইবুংঙো ! বোম কক্পা য়াম্না লুই থুপ্তুনা লৈয়ু ।

চিংলেন—ওঝাগী রুপাদগী লেপ্প বোম ককপা ঙম্বা ওঈজগে ।

( থুবস্নি )

পাওনা— হাঈম্ভু স্নাখ্যা ইবুংঙো ! হৌগৎলু ( চিংখৎলি ) মরম অসিমদি ঐ য়াবা ঙম্মোই ।

য়েংখোঈবা—( থুনা চংলক্তুনা ) ইতাও মেঞ্জর !

পাওনা---ইতাওবু ! কার তাকপিগদবা ?

য়েংখোঈবা----মতম অসি থেংজল্লক্রবদি য়েরুবগী বোম তোপ তত্তনা কাপ্লক্রগনি । খুৎথেংননা লাল থেংনজিঙৈদা মৈতৈ লান্মী অয়াম্বসু অরেম্বদা শিত্নুনা মাংখ্রে । মখোঈনা সুমদোনা অরাপ্পদগী তত্তনা কাপ্লক্রবদা ঐখোঈগী তেঙ্গোম্ন খাংতুন লৈবা ঙমলয়োই । খোংমী লান্মী অপুম্বা মপুক্নিং হল্লক্রে লাম্বল অসি কাঈবনা হামগদৌরি কমদৌসি হাঈবগে মেঞ্জর ?

পাওন --মতুনি ঐমা য়াম্না য়ারম্নিবা ইতাও! ইরৈবাক ঙাকপা ঙমনি হাঈবা উদে। খুৎথেংনবা লাইবক য়েংবা দত্তনা করিনো ঐখোঈনা তৌগদবা ? ম---সি---দা---অমত্তংদি লৈ---

য়েংখোঈবা---করিনো হাঈরোম্নে ইতাও!

পাওনা---ইতাও! লানচিন থংলম্মিবা ইভাওখোঈনা খুৎলাই মতিক চারমগ্রে। লমখাংদা লৈবা পন্নিংগী লাম্নল থৌবান্দন বোম তোপ লোঈমনা লৈরি। ঐখোঈগীস্থ স্না কোম্নুংদা সগোল পাও থাহুনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎহনসি--- 'সোমগী ম্লেছগী লাল অসিদি অঙকপা ফংলে। য়েক্লবগী মীশিং লাকঙমদবদ নত্তনা খুৎলাইস্থ মীগীনা য়াম্না হেনগ্রে। তোল্লবা ব্রজবাসীনা তোপ অমতং ফিগাও শানা নিজরি। থুনা থাবিরকউ নত্রবদি লৈবাক নিংথৌ ঙাক্কুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল ফংবা ঙম্লরোই, তপথবীরবদি য়েক্লবনা স্না কোম্নুং য়োরকপনা হানগ্ননি। য়েক্লবা ঙাকপা ঙমজগে শ্রীযুৎনা থৌজানবিয়ু।" হা—

য়েংখোঈবা—য়াম্না ফগ্রে ইতাও! হৌজিকমক ঐ সগোল পাও চৎপা নিপা অম্নি থাজরুম্বিগে।

( থুনা চংগ্রে )

পাওনা—স্নাখ্যা ইবুংঙো! পোত্থাহুনা লৈবীরুরো—

চিংলেন—হাঈবীগনু ওঝাবু! ওঝাগী থৌগল ফংজগে মাং থানা থম্বীয়ু ননাইবু থাদোকপীগনু।

[ য়েক্লবগী বোম অনি কাপলকপদা— ]

পাওনা---( থাংগী ফিবমদা লেপতুনা ) স্নাখ্যা বোম অনিনে---

চিংলেন---( থাংগী ফিবমদা লেপতুনা ) অমা ননাইগী শরুকনে---

[ মাং থানা চোংশনগ্রে ]

পাওনা---তৌনো হান্নগুম লৈরো, ময়াম চেকশল্লু---

[ থক্ত য়েংনা হন্দোক্লা চত্তুনা বমগী মৈনা ককলে। ]

চিংলেন---( মন্নুংদ ) জয় গুরুদেব ! ইম্---

[ বোম পোথাঈত্নুনা মশা মচেং মচেং তানা শোক্তুনা শিরে। য়েক্লবগী বোম তোপ তত্তনা কাপলক্লে। ]

*Light Off*

২ বা উৎপা।

## "লমহাং"

চিংলেন স্নাগী অশিবা মশা মচেৎ মচেৎ তানা শোক্কুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা লৈমাইথক্ত তাহুনা লৈ।

পাওনা—( মপান্দগী কৌনা চংলক্কুনা ) স্নাখ্যা ইবুংঙো!

স্নাখ্যা—[ কোইয়েং য়েংলম্বদগী চিংলেনগী অশিবা মশা উহুনা চেনশল্লগা—]

স্নাখ্যা ইবুংঙো।— ইস্—মাংলেদনা—

[ মতম্বাক্ত চিংলেনগী মকোক থাঙ্গৎহুনা ]

স্না হকচাং অসিদি মচেৎ মচেৎ তানা শোক্লেনা। চিংলেন স্না? চিংলেন! ঙসিদি নমিং পেম্না কৌহৌগে ন্নারৌ-গম্নুকো। নদোম চংলব্রা চিংলেন? ঐগী ইনাক্তগী— "থাদোকপিন্নু" তক্তনা হাঈরম্ব নহাক্লা ঐবুদি করিগী থাদোক্কুনা চংলে? —পলেম নমা সিজনা নিত্যাইবাৎ চিথেক্তা খুদাং পিফম তৈনা পাওনা ইখুক্তা শিন্নহুনা···—

( কপনা নিংশংহুনা মুংবংনন লৈ )

চিংলেনগী মমাসিজনা কপনা হাঈখিবা···"মেঞ্জর! ননাই চিংলেনদি থংজদবা নরানি অতৈগুম্না থনবিগন্নু। লালফম য়োরবদা মাং থানা থম্বীহুনা মতম পুন্নমক্তা থাদোকপিদা ননাইবু চেৎনা লাঙ্গোনবীয়্ন। মেঞ্জরনা লাল ঙমহুনা মাই-পাকনা হল্লক্লগা চিংলেন স্নাবু থনমহুনা—" চিংলেনদি

য়াওরক্তে"...হাঙ্গবা ৱাহৈ অদো মমা ঐভোন্দ তাহনবী-
গনুকো মেঞ্জর। মাংথানা ইচাবু পুবীরক্লুনা মমা ঐভোন্দ
শিন্নবীয়ুকো মেঞ্জর ?"

পাওনা—আঃ—চিংলেনম্না নংদি কাওরবোই ? হাঁ-"বোর নত্তে
শাপনি"—মমা ওঈবীগী লেংফদ্রবা য়াথং---ইমা ! পাও-
দমজরবা ঙম্মোঈদোরে ৱারৌবীগনুকো পাওনাবু। ম্নাখ্যা
ইবুংঙো। ভাঈরমখো ঐস্তু লাক্লগনি ইপু ইনাই খুৎশম্নহুনা
তুংথ মাংথ শ্রীবৃন্দাবন্দ চৎমিন্নসি।

( চিংলেনগী মাকোংদা শোল্লি )

" জয় রাধে জয় কৃষ্ণ জয় বৃন্দাবন !! "

হে মহায়োলশিংগী লুচিংবা অথৌবা ! পলেম ইমা মৈতৈ
লৈমগী তমপাকথক নিংঙাঈদনা চেপলম্মু, মতম থরদং ইপু
ইনাই থানসিকো।

[ চিংলেনবু মলেম লৈদা থমলগা,
খ্বাংদ য়েংলিবা ম্না লমথাংখুলক লৌথোক্লুনা
মশাদ কুপ্লিরম্মগা---- ]

ম্না লৈবাক্কী খোংমী লাম্মী পুম্নংক তাবিয়ু। ঐ মক্না
ময়ামগী মফমদা হল্লো। হাইবদি হাঈনিংদে। শিনিংদবা
কমাওম্বশিংদি মুমদা হম্নবা থোরাংহুনা হজবা য়ারগনি।

য়েংখোঈবা---( থোরক্লুনা ) করিগীনো ইভাও মেজর। য়েক্লবগী
কাপ্লকপা বোম তোপ্পমা, ঐখোঈগী লাম্মী শিংনা খোং
মনুংদ লৈবসিদ লোকহনবা ঙমদ্রে মী অমা কাওবা শিদ্রে।

পাওনা—মেজর ! অস্তুম তৌনা কয়া কুইনা খংজেনি। য়েরবগী বোম তোপ কাপ্লকপগী ঐখোইগী লাম্বলদা পোখাইবা মৈথুনা অতিযা অসি মননিল্লক্লে। ঐখাইনা লান ওমদুনা য়েক্লবদা লমনখুম্ব ওনগনি হাইনা খাজদ্রে। মতু অসিদা কবি থোক্লকব—ইতাও ঐখাইন থিংবা ওংখিগদ্রা ?—

[ ব্রিটিশ সরকারগী বেগপাই খোংবন মখানা থাম্ব ভানা। ]

হুন্-তারিবা মখোন অসি ব্রিটিশ সরকারগী নত্র ?

য়েংখোইব — ওইব তাই ইতাও ! মখোইগী নত্তনা কনাগী ওইগনি।

লাল্লুপচিংবা—( চংলক্লুনা খুরুম্মগা ) মেজর ! নহাইশিং লানজাবা মগোল পাথ লাক্লে—য়েক্লবগী লাম্না ময়াই হুনথবক্লুনা ময়াই লমশাংদ লাক্লগ খোংজোম তম্নক্লে।

পাওনা—অছুদি — লাল্লুপচিংবা ! পুম্নমক থৌরাং তৌইহল্লা। ঐখোইনা সুম নৈরংদি শিজিন্নবা তোক্রি। য়েক্লবা তম্না চংশিন্দুনা খুৎথেংনবা নাদফনদা লাইবক চেং হৌরসি। পন্থরদু —

( লাল্লুপচিংবা খুমমদুনা চংখ্রে।)

পাওচংপা লাম্না—( চংলক্লুনা খুরুম্মগা ) মেজর !

য়েংখোইবা—কমদৌরে ? থৌরক্লব্রা ?

লাম্না—মেজরবু মনা কোনুং লোমগীদি পিরক্লে।

য়েংখোইবা—মখোয়া রাথৈরাকপদা হাইখিবা থৌদাগদি ?

লাম্না—মেজরনা তাকপিবা মতুং ইন্না য়াম্না কন্না হাইজবগুম্বে অতুবু তৌজিক ফাওবা থাবত্রিবা ?

য়েংখোঈবা---হুঁম -- স্না কোম্নুংগী----শ্রীযুৎ স্না য়াথং করি হাঈনা তাকপিরক্‌ইবা ?

লাম্মী-- সোমদগী মেঞ্জরনা তাকপিবা মতুং ইন্না শ্রীযুৎ স্না খুয়া খাদ হঙ্গৎচবদা— 'য়াম্না থুনা তোপ অনি থাখ্রো" স্না য়াথং তাকপিরবদা থাঙ্গাল মেঞ্জরনা—"তোপ পিবা য়াদে স্না কোম্নুং কন্নবা লৈরসন্নু"—হাঈনা থিংহৌরে। করিগুম্বা পিরকপা তারবস্তু—"খন্নবা লোঈহৌদ্রি"—হাঈনা তম্মু হাঈদুনা ননাই ঐখোঈ হঞ্জরক্লে।

পাওনা—হঁা—হঁা—মুংঙাঈদ—"স্না কোম্নুং কন্নবা"—হাঁ-হাঁ-হাঁ-ফৈ ঐগী মপোক্কীনি। শেমগদবা শেন্বা ঙমলরোই। অদুবু—ইচিন ইনাও নখোঈ কনা কনানো চৎলুবা ? অমুক হন্না চৎলু—নিংথৌদা হঙ্গৎলু—"তোপতুবু কোম্নুং ঙাকহল্লু, গোবিন্দ সেবা তৌহল্লু। পাওনাগীদি লন্নাই খুংলাই লৈজদবনা ইনিংথৌগী স্না য়াথংবু ইকোক্তা হাপচরগা মাই ওন্দনা ঐগী লৈজবা থরাঈ কৎচরগে। ঙমলগা য়েক্লবা ম্লেছগী বোম, তোপ মুন্দুনা লৌগে, ইরৈবাক ঙাক্কে, ইজাতিবু কনগে, লালঙম ফিরান পুদুনা শ্রীযুৎ স্না চরন্দ কৎচরগে"—হাঈনা পাওনানা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা খুরমজরকই, হঙ্গৎলু চৎলু-- [ লাম্মী খুরুম্মগা চৎলি ]

আ--ঙাইহাক্ত ঙাঈবীখো ইচিন ইনাও।

লাম্মী— করি তাকপিগদবা মেঞ্জর ?

পাওনা—( চুঙোঙ্গী পিহুনা ) সে—অসিদা ঐগী য়ুগদা য়োবিরম্মু।
"লাইবকথিবা পাওনাদি হল্লক্করোই"— হাঙ্গনা ময়ামদ খংহল্লম্মু। খোংলৈ খরা থুনা চৎখ্রে খুদোংথিবা নংলনি।

লাম্মী—ফনি চৎচরে মেঞ্জর! ( খুরম্লগ চৎখ্রে )

লাল্লুপচিংবা—( চংলক্কুনা খুরম্মগা ) মেঞ্জর! পুম্নমক শেম শাবা লোঙ্গনবা থোরাংজরে। মথং করম্বা লালওং—

য়েংখোঙ্গবা—( শাওনা ) করিগী লাল? কনাগী দমক্তা? মচা মনাইদা য়োংলৈ মেলৈ নাইবা—ইয়া চৎনদবা মিংথোনগী মেঞ্জর ফম কৈদৌননি— মপালগী য়েক্নবা লাইরি ইতাও! মমুংগী ঐখোঙ্গবু মাংননবা শিল্লকপা হান্না শেংদোক্নসি। শ্রীযুং উনসি—নিংথৌ ঙম্ব অঙম্বশিং লৈরমসম্নু অতাবী ঙাংনসি?

পাওনা—মতম হেনখ্রে ইতাও! ফগদবা য়েংবিহুনা অপাম্ব মওংদ চৎথবিরো। ব্রজবাসীদি তুংদা খোংফম অমা হল্লম্নরোই।

য়েংখোঙ্গবা—অদুদি ইতাও! ম্না কোন্নুংদ লৈরম্ব খুৎলাই নমহুনা পুরক্কে ইতাওগী মতেং পাংলগে। ( থুনা চৎখ্রে )

পাওনা—হঁা—হঁা— আ—
য়াম্ব লাল্লুপচিংবা!

লাল্লুপচিংবা—তাকপিসি মেঞ্জর?

পাওনা—য়েক্নবা লাম্মীগী নিল্লম্বা তুমিন লৈখ্রে, লালথোং শিনখ্রে।
য়েক্নবনা ঐখোঙ্গী লাম্বল তম্না ফুজিল্লকইবা—অথাপ্পদগী

মরুম থুপনা লোৎতুনা, বোম তোপনা মৈতৈ লান্মী অয়াম্বা মাংহল্লগা, মখোইগী খুদোং চাগদবা উরহুনা ফোংনা চংলক্লবনিদো, মসিগী দমকনিদো ঐখোইনা ৱারা খাংলক্লিবা। হন্দক্কী তাঞ্জা অসিদা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা য়েংহৌগদৌরিবনি। মৌগীদি মীশিং যম্বনিনা ঐখোইগী লাম্বল অসি পল্লান শানা কোইরবনি। নকশল্লক্লি ভৈদ ঐখোইগী লান্মী পুম্নমক্কা মাংজৌনবা, ঐখোইগী লাম্বলগী অরোইবদা মফম চানা, থাপনা চাইথোক্কুগা—লাংনা হুই লোনবা লম, খিকলোইন পোপতেক লৈব লমদা নোংমৈ মচাক হান্দুনা পাকথহুগা লৈহল্লো। পংমাংনা ঐনী শরুক ভইবগে, ঐগী ইনাও অনি থাবল, অমাংমচাগা লোইননা হৈবাং খোংজানা চিংবা ঐগী সেবক ০হাবানশিংনা ঐগী ইনাক্তা থারক্লা। হুবেন ঐনা "চাপলা" হাই। হেক লওবকপদা চপ মান্নবা নোংমৈ কাপলগা, নোংমৈ মচাক হেক লোইবদা নাকন্দগী থাং শক্তুনা হাকথেংননা লানা থংননবা য়েক্লবা ভম্না চেনশনগদবনি। অমত্তা পাবনা কান্নবোঈ, মীপুম খুদিংমক্কা য়েক্লবা ভরা ভবাগা পাহুনা মাইথীবা পিগদবনি। খোংলৈ থুবো য়েক্লবনা হানখিনি।

লল্লুপচিংবা---খংজরে মেঞ্জব মনাই চৎচরে। ( খুবম্মগা চৎখে )

পাওনা—(চিংলেনগী অশিবা মনাক্ত লেপ্লুনা)স্নাখ্যা ইবুংঙো। চিং লনস্না অথোবা। লৈহৌরাকো। নদোম থন্মী হাইহুনা ৱাবৌম্নু, তাঞ্জা লিংখিগদৌরে ইথৌ পাংথোক্লু খিগে---

[ চৎপদা য়েক্লবগী হুইসেন মখোন তাদুনা---]

ইরৈবাকচা অথোৌবা পুম্নমক ! য়েক্লবা হুরানবা ম্লেছগী কাংবু হুরান্দুনা চংশিল্লক্লে। কিগনো--- মথন্নাঈ পাম্মুদনা নিংতম্বগী লালফমদা মশাগী ঈ কৎথ্রবা অথোৌবাশিং অদুগী লমন শিংলসি। ঐ ঐগী ইথোৌমকনি থন্না ইনিং তম্বগী ফিরান অতিয়া পকনা পাইহনখিসি--"কাপলে।" !!

[ মৈতৈ লান্মীশিং চপ মান্নবা নোংমৈ কাপলে। য়েক্লবা ম্লেছগী কাংবুস্ত্র নোংমৈ কাপ্ল'ক্ল। মতম থর কাপ্নরবা মতুংদা হাবথেংননা থাংগী লাল থেংনখি। ]

*Light Off*

## ৩বা উৎপা

## "তোপ গারদ"

ময়াঙ্গীদা নিংথৌগী ফমফম নাক য়েত্তা অঙম্বনা ফমনবা ফমফম থারি। মতাঙ্গীদা থৌগল তৌবাশিংনা থাং তা পাঙ্গৈদুনা লেপ্লি।

থাঙ্গাল—[ হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা রাথল তৌনা—] হু-ম্- চুমদৌরি—
( টিকেন্দ্রজিৎ চংলকপদা খুরমদুনা )
লেংশনবিরকসি মনাও ইবুংঙো !

টিকেন্দ্রজিৎ—কয়া কুঙ্গবীরম্মে ইপু ? ( ফমফমদা ফমই )

থাঙ্গাল— ননাই ইপু ঙহাক ওঙ্গজরে।

টিকেন্দ্রজিৎ— ইপু! ইবুধৌ পাখংবগী মৈরম পাংবা মুংয়ুংবীগী মপাদ অতিয়াদগী দোলাই মানবা অমা তারকই হাঙ্গনরিবসিবু অচুমব্রা ?

থাঙ্গাল— অচুম্বনি মনাও ইবুংঙো ! ওঙ্গথোক্কবা খুদমনি। নবুধৌ পাখংবগী দোলাই "ময়াম্ব" হাঙ্গবদুনি হাঙ্গনা মৈতৈ মাই-চৌশিংনা ইরাং থৌনিজদৌরি। খুদক অদুদা মুমিংসু লৈচিন্না ৩ লক কুপশিনথি হাঙ্গরি। অসিদা নত্তা মমাং-ঙৈদসু মৈতিংগু চিংথংখোম্বা স্না হাকতক্তা কংলাগী হৈবী ২ (অনি) পান্দুনা লৈচিন্না তুবী লৈরোং শানা থোকপদগী

পোঙৈরে মৈতৈ ম্না লৈবাক মপু পান্দনা লৈথি হাঙৈনরিবা হন্দক থোকইদো মনাও ইবুঙো ! মৈতৈ ম্না পুন্নাগী রা-রমশিং অসি কাঙৈদনা সুম থোক্লকপা অসিদা ইপুসু ইতোমতগা ঙাঙৈবা অতুদা অসুম খল্লম্মিবনি—

টিকেন্দ্রজিৎ—ফত্তবা থোক্কদবা পুম্নমক শ্রীগোবিন্দনা ঙাকপিবা ওঙৈসনু। ছুজিক ছুজিক লুরিববু—পাওনা ব্রজবাসীনা তোপ নিরকপা ইশু ইপুনা পিখিদবগী দমক য়াম্নুং ম্না পুক্নিংদা য়াম্না রারৌথ্রমাল্লে ইপু।

থাঙাল—করি রানোনে ম্না য়াথং তাকপিরিবসিবো মনাও ইবুংঙো ! সোঙৈদনা ম্না কোম্নুংদা য়োরক্লগদবা য়েক্নবশিং থেংননবা মত্তিক চানা শেম শাহৌদবা য়াব্রা ? অতুবু—ইনিংথৌ ম্না য়াথংনা তোপ অনি শামুথক্তা হাপ্তুনা ননাইশিংনা খোংজোমদা থিলহনখ্রেদনা মনাও ইবুংঙো !

(সগোল চেক্লকপগী মখোল তাদুনা) কনানো ? সগোল পাও লাক্লিমাল্লে মনাও ইবুংঙো ! —ছুম্ মীচম মান্দে—লাক্লিবসিবু য়েংখোঙৈবা মেঙ্গুর নত্রা—

টিকেন্দ্রজিৎ—মানি ইপু ! ইপু মেঙ্গুরনা হল্লক্লিবসিবু খোংজোমগী লাম্বল থিংবা ঙমদা কাঙৈরব্রনে—চংবীরকউ ইপু মেঙ্গুর !

য়েংখোঙৈবা—(চংলক্তুনা) শ্রীযুৎ লেংথোকপিরকত্রিবোঙৈরে ?

থাঙাল—মেঙ্গুর ! খোংজোম লাম্বল কাঙৈরতুনা থিংবা ঙমদা হল্লক্রব্রা ?

য়েংখোঈবা—ৱাহং অদু পাওখুমদ্রিবগী মমাংদ মেঞ্জরগী মফমদগী ৱাফম অমতং হান্না খংজবা য়াগদ্রা ?

থাঙ্গাল—কবিনো অফিং অফাঈনন মেঞ্জব ? খৌবাংনা ঙাঈরবা—

য়েংখোঈবা—খোংজোমগী ৱাখন্নরীকন্নু—স্না কোম্নুং সোঈদ্রগা লোঈ ব। খোংজোমগী তেংঙালদি ঙাঈংচাক-ঙখা ওঈদুনা মাংডসন্নু কৈদৌগে—

থাঙ্গাল—মলোম লৈবা ৱাঙাংনা মাংওঈনা ? মেঞ্জবনা স্না কোম্নুংদা চেল্লকপদি ইনিংখৌদা কবি হঙ্গংনিংবা ?

য়েংখোঈবা—ইনিংথৌগী স্না চরন্দ হঙ্গংদ্রিবগী মমাংদা ঐনা হান্না উনখিংই—“ তোপ পিববোই তোপতি স্না কোম্নুং ঙাক্লবা লৈবসন্নু, পিবকপা তাববস্থ খন্নবা লোঈহৌদ্রি হাঈনা পাওনাদা হাঈক”—হাঈনা শ্রীযুৎ স্না য়াথং পিনবা তাক-পিববা মক্তদ, লাইনা হাঈঙম্বা মীশক অদু ঐনা হান্না খংননিংই।

থাঙ্গাল—হাঁ-হাঁ-হাঁ- মেঞ্জর ! মীশক অদু থওঈনা থিদ্রবস্থ নমাংদ লেপ্তুনা লৈবে। ৱাফম অদুদা মেঞ্জবনা খুং থিংজিনফম থোক্ত হাঈবদি হান্না খংকম থোকঈদনা ?

য়েংখাঈবা— করম্না— ?

থাঙ্গাল— করম্না হাঈবদি ?

য়েংখোঈবা— “নথৌ নত্তে”— সি নত্রদো ?

থাঙ্গাল—অদুতা নত্তা মেঞ্জবনা খংগদবনি—নিংথৌরেনগী ৱায়েল থৌদাগী থবক্তা মৈতিংঙুগী মতেং পাংননবা অঙম্ব ৩৪

( কুম্থ্রামরি ) লৈরিবা অসিগী মমুংদা, লৈবাক ঙাকলোলগী থৌশিন পুন্নমক শ্রীযুৎ স্না য়াথং মতুং ইন্না থাঙ্গাল ইনিংনি। ঐগী ভৌফম থোকপা ইথৌ পাংথোকপদা কনানো মৈত্রবাক অসিদা থিংগদবা ?

য়েংখোঈবা—অদু ফাওবা ? হাঁ-হাঁ-থিংবীনবা য়াওদা পুংশুপ শুপতুনা মী খরতনা মনিং তম্বদগী, অফবা মখৈনা মশক্ক ওঈবা, ফৎলকত্রবা সোইরবা কান্দনা--- লৈবাক্না চুম্না রাবতা নত্তা, মথন্নাই থাতুনা ঈনা লৌখাং ওঈনা চেন্দুনা, মৈতৈ লৈবাক করি ওঈরা হুজিক ফাওবা থংদ্রি ? মপালগী য়েক্লবা থনমগনা মমুংগী য়েক্লবা হান্না মাইয়োক্লগে লাক্লবা য়েংখোঈববুদি কনানো থিংগদবা ?

টিকেন্দ্রজিৎ—ইপু !

থাঙ্গাল---ঐবো—

টিকেন্দ্রজিৎ—রাফন অসি খর খরদগী য়াম্না য়ৌশন্নখ্রে। লৈবাকী ফিবমনা অসি যৌবনদা রাখল খরা তৌনা ঙাংবীরবা ফৈনা ইপু।

য়েংখোঈবা—ননাই ইপুন্নরা মনাও ইবুংঙো ?

( টিকেন্দ্রজিৎ মমাই লৈথোকই )

হাঁ--রাখল থেন্দবা নপু নৈতৈ স্না লৈবাক্তা লৈবগী কান্নদ্রে। স্না য়াথং অদো নপুনা ইনজবা ভমজদবা তারে।

টিকেন্দ্রজিৎ—খুরকী ঈনা লাই শাদৌরিব্রা করিনো ?

য়েংখোঈবা—হাঁ--হাঁ-হাঁ মুংঙাঈদা মনাও ইবুংঙো ! কনানা লাই শারিবা ?

টিকেন্দ্রজিৎ—তানজা অসিদা অরেম্বদা অরাই অথুম য়েংনহুনা কান্নদেদা ইপু ! অহিং মুংথিল খাক্তনা অঙম্বা পুম্নমক্কা শ্রীযুৎ স্না খোংলেংথোক্তুনা মৈতৈগী লাম্বল পুম্নমক তেক্কা কাঈদনা থমননবা অনৌবা লালওং কয়া খন্নরিবা "তোপ গারদ" অসিদা অরেম্বদা লাওরবনা করি কাম্নগনি।

য়েংখোঈবা--থরাঈ য়োন্দুনা লৈরবা য়েংখোঈবনা ঙাংববু অরেম্বদা পংলাও লাওনা তারবা মনাও ইবুংঙো ?

টিকেন্দ্রজিৎ--রা য়াম্না শাংথনহুনা কান্নদে ইপু ! ইপুনা পাঙ্গীরিববু করিনো ?

য়েংখোঈবা----ঐনা পাম্মি মনাও ইবুংঙো ! লৈবাক নিংথৌ কম্ননবগী মরমদা অপনবা পিরকপা কনানো ? চোং-থোরকউ চিনগী পাওখুম পামদ্রে---

টিকেন্দ্রজিৎ----অহু য়োনা ইপু ?

থাঙ্গাল---ফেনা কৈদৌগে মনাও ইবুংঙো ! লৈবাক নিংথৌগী ফনবা শিনবদা অকাঈবা পিগে থৌরাংবদি খুদোংচাবা লৌহুনা য়েক্নবদা তোংলগা নিংথৌ শেমগে অসিরা ? থাঙ্গাল লৈরিঙৈদদি কনাগীসু মতিক নত্তে । শেম শাজরোহে য়েংখোঈবা !

য়েংখোঈবা ---মাংজৌনন লোইরবা ঙাঈঙমদ্রবা য়েংখোঈবনি।

[অনিনা থাং শৎনরক্লবদা নিংথৌরেন কুলচন্দ্র নিংথৌ সেনবাশিংনা থৌগল তৌনা লেংথোরক্নুনা— ]

কুলচন্দ্র—(থাঙ্গাল ১স্নুং য়েংখোঈবগী মরক্তা লেপ্তুনা) ইপু অনিমক ঙহাক্ত তপথবিখো। নিংথৌ ঐবু ঙস্না অঙম্ব ঙাকনি—

[ময়াম পুন্নমক খুরুমদুনা খুকউ লৈতানা লৈ।)
অকাঈবা কোঙ্গাঈ থোকপা ঐগী ইরাননি খনস্মিয়ু।
মাইকৈ খুদিংমক্কী অফবা পাও অমতা তাদ্রবা, মণিপুর স্না লৈবাক ঙাকপা ঙমগনি নিংদ্রবা মতম অসিদা ইপু-খোইখাঈ পুন্না ফনবা শিনবীদ্রবদি ঐদি করি ওঈনি?
ঐদি চুম্না নিংথৌ ওঈজবতনি—হৌগৎপিয়ু, ফমফমদা ফম্বীতুনা পুক্নিং লৈতানা ময়াম অমুক্তা ফনবা থন্নসি।
[তাংবলদা চংতুনা ফমই। অঙম্বশিংস্নু মাগী মাগী ফম-ফমদা ফমই। ]
ইপুনা লাকপিববু খোংজোম লোমগী লালবু করম তৌ-হৌরিবগে ইপু?

য়েংখোঈবা—(হৌগৎতুনা মখুং লোন্না) মৈতিংঙু নিংথৌরেন অথোঈবা! তোল্লবা ননাই য়েংখোঈবনা ইনিংথৌ স্না চরন্দা করম্না হঙ্গৎসিগে। খোংজোম লোমদা চংলক্লিবা ননাই-শিং সাহেবকী তেঙ্গোল অসিদি অঙকপনি। মশিং লাক-ঙমদব য়েংবদ মপাল নাইদ্রে। অসিগীস্নু মথক্তা ননাই-শিংগী খুৎলাইনা হেনবনা থাং তানা মুক্রদুনা থিংবা

ওম্মরোই। ননাইশিংনা অথাপ্পদগী কাপলকপা বোমনচিংবা নোংমৈনা মৈতৈ তেঙ্গাল তাকতক্ তৌবে। ঐখোঈ রোমদগী কাপ্প নোংমৈদি অরেম্বদা মাংলে; "তোপ য়াওদনা থেংনবা য়াররোই"—ননাঈ পাওন না হাঈবদগী পন্নিংদা লৈবা থৌবালদগী, তোপ য়াওনা মৈতৈ লাম্মী থাররকবা পাও থাডবদ লাকত্রত্নুনা, স্না চরন্দা হঙ্গৎচ-খিবা—স্না থৌগল ফংডরিবতনা ননাইনি খনবীগ্রবোঈদো ইনিংথৌ।

কুলচন্দ্র—করি ম্বানো ইপু! তোপ অনি শামুদা থিলহনখেন্না—

( শামু হঞ্জবা চংলক্কুনা খুরুম্মি )

থাঙ্গাল—শামু হঞ্জবা কমদৌরে?

হঞ্জবা---মেঞ্জর! মৈতৈ তেঙ্গোল পুম্নমক যেক্লবনা পল্লোল শানা কোঈত্নুনা লৈহৌরে। তোপ লৌশিনবিনবা কনা লৈত্রে। ননাই ঐখোঈ খোংজোম য়েৌনা চংবা য়াদা তোপ স্না কোম্নংদ হঞ্জরক্লে

থাঙ্গাল—উম্- তোপ অনিমক কংলা মম্নুংদা থম্মু।

( হঞ্জবা খুরুম্মগা থোকখ্রে )

কুলচন্দ্র—ইপু! নিংথৌ ঐনা নিংজবা পুম্বা অরেম্বদ তাব তারে। ইপু মেঞ্জর হৌজিক করম তৌসি হাঈবগে?

থাঙ্গাল—চিংনবিন্নু ইনিংথৌ। খোংজোম লাম্বলনা করিগুম্বা থিংবা ওমদত্নুনা কাঈবা থোক্লবস্নু পন্নিংদা থৌবাল লাম্বল লৈরি হৌজিকমক য়েক্লবনা স্না কোম্নুং তমলকপা মতিক নত্তে

ননাই থাঙ্গালনা পুম্নমক সোঈদনবা শিঞ্জনি স্না পুক্লিং তয়াংবিগনু।

টিকেন্দ্রজিৎ— অতুমকপু ইপু! হান্না শিল্লিবা অসিদগী হেন্না স্না কোন্নুং সোঈদনবা শেম শাবা লোঈরসি।

য়েংখোঈবা— কমদৌবা মনাও ইবুংঙো? স্না কোন্নুং সোঈদ্রগা লোঈরে অসিরা? হঁা—

টিকেন্দ্রজিৎ— মসিদা ইপুনা য়াওবিফম থোক্তে।

য়েংখোঈবা— মুংঙাঈদা মনাও ইবুংঙো! য়েংশিনগদবা শিনবীগদবনা, মশা মশাগী সোঈদ্রগা লোঈরে হাঈতুনা হোৎনবদগী, চীং তম পুন্না মাংহনবতা নত্তা, মৈত্রবাকপু সাহেবকী মীনাই ওঈহন্দুনা, মৈতৈ স্না লৈবাকী নিংতম্বগী ফিরান নশু নপুনা চিংথদোরি?

থাঙ্গাল— করি য়েংখোঈবা!

টিকেন্দ্রজিৎ— করি? করি নতিক লৈতুনা? মফম অসিদগী হৌজিকমক চংথোকখ্রা নত্রবদি অরুম্বা চৈরাক ফংজনি।

থাঙ্গাল— থরাঈ য়োন্দুনা থাঙ্গালনা স্না থৌগল তৌরিবা ফমগী দমক্তা লৈবা নত্তে। চোম্থ্না লৈরবদি ঙাকপিবা ঙম্মোই—

য়েংখোঈবা— হঁা— থরাঈ য়োল্লবা য়েংখোঈবনা স্না থৌগল লাকপস্তু ফমগীদমক্তা লাকপা নত্তে। ইথক থোংবা অঙম্বা ফমনাইবনি হাঈতুনস্তু ইশাতদা নৈবা নত্তনা লৈবাক মীয়াম শোক্লক্লবদি নাকন্দ য়াল্লিবসে লৈতেংগী থাং নত্তে।

থাঙ্গাল— স্না মাংমক্তদা অসি য়োওস্বা। ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই
য়েংখোঙ্গবদা করি স্না য়াথং তাকপিগদবা?
( নিংথৌ লু-লুকনা লৈখ্রে )
য়েংখোঙ্গবা— ( খুকউ লৈতানা মখুং লোম্নদুনা ) মৈতিংঙু লাই-
নিংথৌ ইবুংঙো। স্না চরন্দা ননাই য়েংখোঙ্গবনা হঙ্গং
চরি— চিংনবা লৈবিদা স্না য়াথং ননাইবু মতিক চাবা
চৈরাক পিবিয়ু। মতিক চাদ্রবা ননাইনি—ইরৈবাকপু
ঙাকপা, ইভাতিবু কনবা ঙমদ্রবা ঐনা মেঞ্জর ফমগীদমক ফজবা
ফিজোল শেৎ, নাকন্দ লৈতেং থাং য়ান, করি কান্নখিগনি।
( চুঙ্গাই থাংনচিংবা মফিমরোন মথং ২ লৌথোকই )
কুলচন্দ্র— করি মতৌনো ইপু?
য়েংখোঙ্গবা— ( নিংথৌগী মাংদা পুম্নমক থমদুনা ) পুম্নমক স্না চরন্দ
কৎথোকচরবনি। ইনিংথৌ স্না চরন্দ ননাইনা লংজখিবা
পুম্বা ঙাকপিয়ু। ( খুরুম্মি )
কুলচন্দ্র— ইপু লৈবাক্কী ফিবমনা অসি য়োনা ফজ্রবা মতমদা
ঐবু থাদোক্তুনা চৎলগেরা?
য়েংখোঙ্গবা— ইনিংথৌ ইবুংঙো! মেঞ্জর ফমথোন কানা মীনাই
ওঙ্গদুনা লৈগদবগী শরুক লম্বীগী চাকনিবা ওঙ্গনা ইনিং
তম্না লৈজরুরগে। ( চৎখ্রে )
কুলচন্দ্র— ইপু ওহাক্তা ঙাঙ্গবীখো?

*Light Off*

৪বা উৎপা

# "লক্ষ্মী"

উনা কৈফেত্তুনা থোংগান ( গেট ) না থিংলি। ব্রিটিশকী সিপাই অমনা নোংমৈ সঙ্গিন হাপ্পা পাঙ্গৈনা হঙ্গং হন্দা চত্তুনা ভাক্লি। মৈতৈ লাম্মী অনি পাওনাগী চুঙ্গাঙ্গ ফিনা য়োমত্তুনা পোৎয়োম অমমম্ পুহুনা চংলকই। সিপাইনা থত্তুনা চৎপা য়াদে হাঙ্গৈনা সঙ্গিন উত্তুনা মখুৎনা লাক্কনু হাঙ্গৈনা তাম্থোকই।

লাম্মী ১মা— ঐখোঙ্গ ম্মুদা চৎকে লম্মী থাদোকউ।

লাম্মী ২বা— ঐখোঙ্গ পাও চৎপা মীনি "ভাই" চৎকে।

সিপাইনা চৎহন্দ্রবদা মীতৈ লাম্মী ২না তানজা য়েংত্তুনা মখৌরিদা চপ্তুনা ফারগা নোংমৈ মুন্দুনা সঙ্গিন্ন থিন্দুনা হাৎলে। টি. গ্রাহম সি. বি. গা খুমন স্তুবিদারগা লাকপা উত্তুনা লাম্মী অনি শিজম্নত্তুনা লোৎলি। সাহেব অমস্তুং স্তুবিদারনা কাওত্তুনা য়েংলম্লগা চংখে। মৈতৈ লাম্মী অনি কিরু কিরু য়েংনা হৌগত্তুনা চেনখে। লাল লোঙ্গৈবগী বেঙ্গুন খোংলকই।

*Light Off*

৫বা উংপা

# "খেব চীংখোং"

২৩ এপ্রিল ১৮৯১ ইং শগোলসেন ষুমিং।

শকাব্দ ১৮১৩ শজিবুগী শুক্লা তরামরীনি পানবা।

নেপালি সিপাই অমনা ব্রিটিশকী ফিরান য়ুংলি। নেপালি লক্ষ্মন সুবিদার মেঙ্গরনা মনাক্ত লেপলগা য়েংলম্বদগী নাকন্দগী থাং শত্তুনা সলামী কৎলি।

শেগাঙ্গীরবা ফিজোন্দ ঙ্গীনা তৈরবা, মাই মিং মোংলবা হুমাংনা মরেক কারবা পাওনানা মখুং ওঙ্গীনা মমিং নানথোক, মখুং য়েংনা খুংসু থাংলেন পাই ব্লাবতনা হাঙ্গীরংননা চীংগী মরুমদগী থোরক্তুনা—

পাওনা— হুরানবশা লৈরম্মু খংপনি।

[ সিপাই কিছুনা চেনখে। লক্ষ্মন হন্দোক্লা লৈ ]

[ ফিরান য়েংহুনা ] হাঁ-হাঁ-হাঁ পাওনাগী শিংলিদা ঈ মরিক অমতং চেল্লিডৈ, পাওনাগী খুত্তা খুংশু থাংলেন "লিশিং শামু পাঙ্গীবা ঙমলিডৈ মৈতৈ স্না লৈময়োন্দ য়েক্লবা ম্লেছ সরকারগী ফিরান হাঁ—হাঁ---হাঁ—

[ শাওনা ম্লেছগী ফিরান চোংখত্তুনা থাংনা য়ানথৎলে। লক্ষ্মন সুবিদার চংশন্দুনা থাংনা থৎলগা অনিনা অকনবা থাংগী লাল থেংনরবদা লক্ষ্মন্না তুংহন্ননা হন্দোক ঙাক্লম্বদগী পাওনানা মঙক কক্তুনা শিরে। ]

পাওনা—হুঁ-মীনাই ! অরেম্বদা নঙক্না নশাগা তোঙান তাহুনা তোক্লেদো—

[ রামনখিবনা লেপ্পা ঙমদা চিংমাইদা ঙাহুনা পোত্থানা লৈরিঙৈ—]

খুমন সুবিদার—[ মপান্দগী ] হে বহাতুর ! মণিপুরগী অথৌবা মহাবীর। রাকম অমত্তা হঙ্গংচগে ?

পাওনা—( চীংদা সৌনা মঙকহাঙ্গীগত্তুনা ) কনানো ? য়েংবদদি য়েক্লবা মচা মাল্লি। নরোলদি হমা লোলনা শেংনা হাঙ্গৈরি, কবি হাঙ্গৈনিংই ? লাও চংলকউদনা।

খুমন সুবিদার—ননাই ঐ-অা—ঙাপ হেক চংজরকপা ঙমজদ্রে ?

পাওনা—করিগী ?

খুমন সুবিদার—থাংলেন খুত্তা পাঙ্গ—

পাওনা—হঁা-হঁা-হঁা—ঐ মৈতৈনি, ঐনা পাঙ্গৈরিবা থাং অসিদি হাংননবা নত্তে কন্ননবনি। কিগনু লাও হাঙ্গৈনিংবা হাঙ্গৈরো।

খুমন সুবিদার—( কিনা চংলক্লগা সলাম তৌহুনা লৈ। )

পাওনা—ইবুংঙো নহাকপু কনানো ?

খুমন সুবিদার—ননাই ঐ মৈতৈ মচানি। কছারদ লৈজবা খুমন্থেম মচানি ইফমনা সুবিদারনি।

পাওনা—উম-ম্লেছ সরকারগী তেঙ্গোলদা য়াওরকপা ?

খুমন সুবিদার—অথৌবা !

পাওনা—আঃ—ওস্থোক্না নরাঙ্গৈবক থিদা ইবুংঙো নংদে। মীগী মমাগী সেগাদা তাংহুনা লৈরবসু মৈতৈ মচা নংনা সেন

থুম খরা ফংবা ফমগী দমক্তা য়েক্নরবা সাহেবকী মীনাই ওঈদুনা, নচিন ননাও কয়ানা মরৈবাক্কী দমক মশাগী শেংলবা ঈ কৎমরিবা—নজাতি শিংবুশু য়েক্নবা সাহেবকী মীনাঈ ওঈনবা নখুৎ মক্না খুংনাই পাঈদুনা নরৌশিং নথোনাগা লোঈননা নমাগী মগুক কক্নবা লমজিংলি ?—হু--ম--করি—হাঈনিংই ?

খুমন স্নবিদার—সরকার তেঙ্গোলগী লুচিংলকপা ননাই সাহেবনা ঙাইহাক্তং উনজ.গ লাকচরি।

পাওনা--( ফুক হৌগত্তুনা ) সাহেব।

[ খুমন স্নবিদার কিনা মশা হল্লি ]

পাওনা—লুচিংলকপা কদাঈদা লৈ ?

খুমন স্নবিদার—ননাই কিজদুনা লাপনা লৈজরি।

পাওনা—কিদুনা ? ঐবো ? ( মগুক হাঈনা ) থাজদে—

খুমন স্নবিদার---থাজদবা তৌবিমু ননাই সাহেবনা সলাম কৎচ-নিংদুনা মহাবীরবু উনজবা লাকচবনি।

পাওনা—মপুক্লিং শেংলবা ঐবু করি কিফম থোকই ? মখোঈদোনা—হুরানবা লালদা, লৌনম্বা মীহাৎতা, পিক্নবা মৈতৈ লৈবাক্না, য়ামদ্রবা মৈতৈশিংনা ঙসি ফাওবা তৌরক্তি। মখোঈনা ঙম্বদি---য়ামদ্রবা মৈতৈনা, মশিং থিঙমদ্রবা সাহেবকী লাম্মীগা খুৎথেংনবা লান্দ মপা মপা মায়োক্নরিঙৈ অরোনবা নোংমৈতনা মৈতৈ তেঙ্গোল ঙসি হুম.নিতদা তাক্নবা শিনঙম্মি। অসুম তৌনা লৈবাক কয়া খুহুম চন্দুনা—

জাতি কয়াবু—কিহন্দুনা, পামহন্দুনা—মরৈবাক মজাতি ফাওবা মাংননবা শিলহনবা, ইরাই লাইনা ভম্বা সাহেবনি।

খুমন সুবিদার---ননাইনা হাঙ্গজরিবা অশেংবনি—সাহেবনা সলাম কৎচনিংঙুনা লাকচবনি। চিংনবীগু—

পাওনা—ঐনা মা উনবা কিবগী রা নত্তে। মানা পাম্ব মওং চৎথবদা ঐনা নোক্না নোক্না মায়োক য়াগনি। ঐগীদি তেঙ্গোল তাক্লে। মাগীদি ইনৌতা নৌঙুনা লৈরি। নংনা ফজবা রাহৈ হাঙ্গৈরবগী মহুত্তা—"সাহেবনা মায়োক্নুনা খুৎথেংনঙুনা চাং য়েংনবা পাম্মি" হাঙ্গৈরব্বদি ঐনা নংবু থাগৎলমগদবনি। ঐনা পামই—মানা ভমলে ঐগী থব্বাঙ্গী লৌবা ঐনা ভমলে মাবু মাইথিবা পিঙুনা লৈখিগ্রবা অথৌবশিংগী লমন শিংবা।

খুমন সুবিদার—শাওবীগনু—ননাইনা মরম থরদং হংজনিংবা, ভাইহাক্তদি উনবিয়ু।

পাওনা—উম—কৈ উনগে—চংহল্লকউ।

(হান্নগী মফমদা চংশিন্দুনা ফমগ্রে।)

খুমন সুবিদার—(থরা চৎথোক্না) Please come here Sir!

সাহেব—(চংলক্তুনা টুপী লৌথোক্না সলাম তৌরগা)

Subedar! Ask him what's his name?

খুমন সুবিদার—মহাবীর! ননাই সাহেবনা হংজরি, নাম করি কৌবিবা?

পাওনা—ঐগী ইমিং ? ঐগী মিংদি "নাওলসিং" কৌই। চহি খরা ব্রজবৃন্দাবন্দ লৈরুবদগী "ব্রজবাসী" হাঙ্গৈন ময়াম্ন কৌবী। পাওনম শাগৈদা পোক্নই হাঙ্গৈদুনা "পাওনা" মিংথোন্নি। অগুম্না ইমিং অহুম থোননা মেঞ্জব জেনরেল ইফমনি। [খুমন সুবিদারনা পাওনানা হাঙ্গৈবা ইশন্দুনা সাহেবতা সলাম তৌনা চে পিরগা---

খুমন সুবিদার--হে অকনবা ! মহাবীরগুম্ন কনবা মণিপুরদ কয়া য়াম্না লৈবগে ?

পাওনা---ঐগুম্না অশোনবা মণিপুরদা লৈতে। ঐবু হেনবা ভাক্তা শিংথাবা ভমদনা স্না কোন্নুংদা পিকথন্না লৈ।

সাহেব--Subedar ! Tell him, to come over to our side. If then he will be given high post in our army.

খুমন সুবিদার---সাহেবনসু পুক্লিং শেংন হাঙ্গৈজরি---সরকারগী মীচংদা হৌজিকমক য়াওবীদুনা লৈবিরে, অচৌবা ফম লৌবীদুনা তলব য়াম্না চাওনা---

পাওনা--হাঁ-হাঁ-হাঁ-ঐবো ? হাঁ-হাঁ-হা- পাওনাবো ? অরৈবা মীনাই ওঙ্গৈরো ? নংগুম্না ঐসু নপুনা তাংদুনা হুই হৌদোংগুম লুখাক চাদুনা হিংলো ? হাঁ—শাওনিংবদি হাঙ্গৈরুসু হাঁ-হাঁ-হঁ---

অদুবু অরাবদি—নংসু মৈতৈ ঈ থরদং চেল্লবদি তৌবিমল খংদ্রবা, লৌনম্ব সাহেবপু মুন্না খংফম থোকইনা ? মমাংঙৈদগী হৌনা মখোঙ্গৈনা খুৎকন পাঙ্গলদ্রিঙৈদা মৈতিংঙু

শিংনা সাহেবকী মতেং কয়া পাংবিখি---অরানা ফাবীহুনা মথরাই মাংলগদবা সাহেবশিং নর গম্ভীরনা কনবীখি। থিবোমৈদা হাওনা সাহেব কয়া ফাদ্‌না মথরাই লৌরগদবা মৈতৈনা থাদোকপিরুই। কেন্তাক্কী লালদসু কবোগী মখুত্তা মথরাই মাংলগদবা সাহেবশিংবু কনবিবদা, মখোঙ্গীনা রাগদবা মৈতৈ ঐখোঙ্গীনা রাখিবা, মখোঙ্গীগী মহুৎশিন্দুনা মৈতৈনা থরাঙ্গী থাখিবা, পুন্নমকসি লমন---মৈতৈ লৈবাক মাংননবা সাহেব ৫ ( মঙা ) গা লোঙ্গীননা লাম্মা ময়াম লাক্কুনা অহিংদা লোলনা লান হৌরহুনা মরাল লৈজদবা মৈতৈগী য়ুম মৈ থাহুনা নুপা অঙাংফাওবা হাংঙম্বা— মখোংনা থোংনা মমং থিজরবা সাহেব ৫ ( মঙা ) অঙাং ওলহনখে। মরালগী মতিক চাবা অচুম্বা রায়েল ফংজবনি। অহুগসু—ঐখোঙ্গীদি খুৎকল্লে পাঙ্গল্লে হাঙ্গীহুনা মথরাঙ্গী কনবীখিবা মরূপ শান্নরবা মৈতৈ লৈবাক্তা লৌনমহুনা মৈতৈগী নিংতম্বা মাংহল্লগা মীনাই ওঙ্গীহন্দুনা খোংনেৎননা পানগে থৌরাংলবা! কৈ মচা চাওননবা য়োকল্লুবা মপু চাররেদো। অসগুম্বা শাতনা চৎকদবা শাজৎ লাইনা চৎঙম্ব তোল্লবা ম্লেছশিং মখোঙ্গীনা মৈতৈ তুম্ন হাত্তুনা মমাই পাক্লে খঞ্জনা মৈত্রবাক্ত লালঙম ফিরান য়ুংজরবসু—লেংদ্রবা মালেম থক্তা মরৈবাক নিংবা-শিংগী শেংলবা ঈনা চুহুনা---"সাহেবশিংগী তুক্কচরবা মিংচৎ থিবনা"—হুমিৎ থানা মুৎত্রিমথৈ লেংদনা ময়েক লানা

লৈহৌরনি। কনানস্থু মুৎথৎপা ঙমলোই। ঐনা হাঈরিবসে মঙোন্দস্থু খংহল্লু---

( হৌগৎলি, অনি কিত্থনা নিংহন্ননা হন্দোকই। )

কিগন্থু ঐগী ব্রা অমুক তাও---নখোঈ অনিবু ফাত্থনা ইনিংথৌ স্না চরন্দা কৎকে। নখোঈনা য়াম্না পামজবা স্নানা শাবা তকমান পিগে, অচৌবা ফমস্থু হাপ্পিগে। য়াব্রা? মঙোন্দস্থু হংউ।

( চংশিল্লি অনি চৎকে তৌই। )

ঙাঈখো—নখোঈ চৎপা য়াদ্রি। করিগীদমক লাল লেপলে? খুৎলাই পাঈয়ু মাইয়োক্লবা লাল তৌথিসি—তোংঙান পাগেরা? পূল্লপ পাগেরা? অপান্থ খঞ্জৌ--

খুমন সুবিদার--মেঞ্জর লালদি লোঈরে। মৈতৈগী লান্মী কনাস্থু লৈত্রে। সরকারগী তেঙ্গোলস্থু মফম অসি থাদোক্কনা স্না কোন্থুং তম্না চংশিনখরে।

পাওনা--( চাক্থেক্লা ) "লাল লোঈরে"---মৈতৈ তেঙ্গোলবু পল্লোন শানা কোঈরম্বা য়েক্লবা ম্লেছকী তেঙ্গোল— খুৎথেংনবা লালফমদা মৈতৈ অমনা য়েক্লবা তরা তরা মকোক কক্-লম্মগা মরৈবাক্কীদমক কৎলবা মৈতৈ লান্মীশিংগী শেংলবা ঈতনা খোংজোমদা তুরেন ওঈনা চেল্লি। ইরৈবাক্কীদমক ঐগীস্থু অরোঈবা ঈ, মরৈবাক নিংবা অথৌবাশিংগী ঈগা তিন্নহনখিগনি। ( শাওনা ) করিগী লাল লোইনি? মরু ওঈনা য়েক্লরবা ম্লেছকী বোম, তোপ, নোংমৈনা

ঐবু কিহন্দুনা থিংবা ঙম্মোই। মখোঈগী থাংহাঈ কয়ানস্থু পাওনাবু পন্থহনবা মতিক নত্তে। কানদে—মা ঐ অততাইনি শেম শাজরো হাইয়ু।

খুমন স্থবিদার---ঐখোঈ লাল তৌররোই। ঐখোঈ চৎচরে মেঞ্জর ! Let us go Sir !

( অনিমক চৎলি )

পাওনা---লাল তৌররোই ? অহুদি—ঙহাক্তা ডাঈখোবা স্থবিদার !

[ খুমন স্থবিদার হল্লকই, সাহেবস্থ চৎলম্বদগী হল্লক্তুনা য়েংই। ]

ঐ স্থবিদারদা ব্রা অমতা হাঈজগে, লাও চংশিল্লকউ-- লাওনে—ঐ মৈতৈনি নংস্থ মৈতৈনি লাও ঐবু হঙ্গোঈগন্থু।

খুমন স্থবিদার---করি তাকপিগদবা মেঞ্জর ?

পাওনা--নংগী নাকন্দ য়াল্লিবা থাং অহু শৎলু অহুগা ঐগী ঙকসি ককলো লাও—লাওনে স্থবিদার ! থাজদবা তৌগন্থু। য়েংউ—হুমিৎ অসি তাগদোরে, তাগদোরিবা হুমিৎ অসিগা লোঈননা সোঈদনা তারগদবা মৈতৈগী অরোঈবা নিং তম্বা হুমিংনি। অমম্বনা কুপ্লবা মৈতৈ লৈবাক্কী শাংলবা অহিংদা ঐবু পুশল্লন্থু। মনিং তম্না য়েকুবা ম্লেছনা মৈতৈ পুন্নমক্কী মথুদাং মীনাই য়োৎহ্লিং চন্দ্রিঙৈ—পাওনা— ইরৈবাক্কীদমক ঈ মরিক খরদং কৎচবা ঙমজগে। লাও স্থবিদার ঐগী মতেং অমুক্ত পাংবিরমউ---

সাহেব---What he says ?

খুমন সুবিদার---Sir, he wants to help to cut off his head.
সাহেব—(খুবী চিক্না) "My God"—Well—Try your luck.
খুমন সুবিদার---অহুদ৷ অথৌব ! পাঙ্গৈবীরিবা থাং অহ্---
পাওনা---চিংনন্নুনে----ঐনা হাঙ্গৈরিবসে অশেংবনি। মৈতৈদি
হাঙ্গৈখ্রবদি লোঙ্গৈরে। লালফমদা খুত্তগী খুংলাইদি থাহৈদে।
নংনা ঐবু থাজদ্রগা---
( থাং মতোন্দা পাঙ্গৈহুন )
লাও সুবিদার! ঐনা নিংজরিবসি অমুক্তা থুংহনবীরম্মু।
খুমন সুবিদার---হে মহাবীর! মৈতৈগী অংৌবা! মেঙ্গরদি
থাংসু চংদে, নোংমৈ মরুনসু চংবা ঙমদে ঐগুম্বনা
কমদৌনা ঙক ককপা ঙমগনি?
পাওনা---ঐনা তাক্কনি---ঙকথুপ অহুমগী মন্নুংদগী ময়াই থংবা
ঙকথুপ অহুদা থাং থাও। ঐ মতম পিরক্কে ঙাইহাক্কদি
ঙাঙ্গৈবীখো---
ইমা! পোক্লমদম মৈতৈ লৈমা! ঙসি শজিবু
১৪ নি পানবা সগোলশেন নুমিৎতা তাগদৌরিবা নুমিং
অসে অরোইবা ইমাগী নিংতম্বা নুমিংনি। অমম্বনা
কুপ্লবা অহিংদা য়েক্লবা ম্লেছনা ইমাগী খুদাংদা মীনাই
য়োংহ্লিং চল্লরগনি। লাইবক থিরবা পাওনা ব্রজবাসীনা
কনবা ঙমজদ্রে ব্লারৌবীগন্নুকো ইমাও। ঙসি নচাগী
অরোইবা খোংচত্তা মরৈবাক্কী দমক মথরাঙ্গৈ পাম্মুদ্রবা
অকন অথৌ নচাশিংগা খুংশমনজহুনা ইমাগী তম্পাক

থক্ক নোক্না নোক্না থব্রাই কৎচবা ঙম্বা পিনবীয়ুকো অপোকপী!

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ জয় বৃন্দাবন
মুক্তিপদ নহি দেহ, দেহ বৃন্দাবন॥

রাধা কৃষ্ণবু খুরমজরিং বৃন্দাবনবু খুরমজরি
স্বর্গ কাবা পীনবীগনু শ্রীবৃন্দাবন ফংহনবীয়ু॥

জয় শ্রী শ্রীগোবিন্দগী জয়
য়াইফবী ইমা মৈতৈ লৈমা

[ পাওনানা মখুৎ ওঈনা হাঙ্গৈগত্তুনা তাক্লকপদা খুমন স্নবিদারনা নাকন্দগী থাং শত্তুনা পাওনাগী ঙক্ কক্লে। ]

*Light Off*

৬ বা উৎপা

## "লক্ষ্মী"

লৈমা ইশৈ শরুা চংলক্কুনা

ইশৈ –

তাখবে তাখরে---
স্বাধিনতা নুমিৎ
অমম্বদা লোৎখরে
মৈতৈ লৈমগী ভাগ্য বিধাতা !!
চংখরে লোঈনতুনা অকন অথৌ কয়া কয়া
মরৈবাক্কী দমক্ অকিবা লৈতনা
নোক্না নোক্না থরাঈ কংঙম্বা !!
য়েক্লম্লে মীপুম খুদিং থম্মোঈদা
স্বদেশ প্রেমগী লংলবা খুদম
শহীদশিংগী শেংলবা ঈনা !!
লাকলোনে দেশবাসী পুন্নমক
নিং তম্ব লালফমগী তীর্থ খোংজোমদা
কংচসি পুষ্পাঞ্জুলি খুজোক থন্না
শহীদশিংগী খুয়া খাদা !!
লাক্লোনে দেশবাসী

(চংখে)

সিজ--- ( মশম মনা ইফা ফা অঙাওবীগুম কপ্পা চংলক্তুনা )
ইমাগী ইবুংঙো ! ইমাগী চিংলেনম্না ? ইমাগী ইবুংঙো নংনা চৎখিবা নুমিত্তগী, ইচাগী চৎখিবা মাইকৈ য়েংদুনা লৈবদি, খাম্ব য়াত্রবা শিস্তরকপা পিনা ইমাগী মিত্তি মমলেদো। নয়াম্ব, নশুং নমান্নবা কয়াদি খোংজোম লাল লোঈরে---ময়ুমদা হন্নরক্লে। ইমানা নুতিগী--ভুমদা হিপ্তা চাদ থক্তনা থোংলোনগী নাতৈ কাংদুনা, ইচাবু হল্লকপা য়েংবদি নব্রা নখোল তাদরে। ইমা মদোম লৈহৌই কাওব্রা ? ইমা ব্বারমগনি নিংশংদব্রা ? ইমা য়ুমদা ঙাঈদুনা লৈবা ঙমদ্রে, সোরোক য়াংবী থক্তা ইচানা হল্লক্কদবা লম্বেলদা ইমা ঙাঈদুনা লৈগে---লাকও ইমাগী ইবুংঙো চিংলেন। ( ফমদুনা ) লাইবক থিরবী নমাগী শেগাঈরবা নমথাং অসিনা ইচাবু চেৎনা কোল্লগা য়ুমদা হনসি লাকওগবা ইমাগী ইবুংঙো !

[ লান্মী অমা ঈনা তৈরবা শেগাঈরবা ফিজোন শেত্তুনা চংলকপা উদুনা ফুক হৌগৎনা---

ইমাগী ইবুংঙো !

( অনি ঙহাক মিৎচাননা য়েংমিন্নৈ )

ইবুংঙো ! কদাঈদগী হল্লকপনো ? ঐগী ইচা চিংলেনম্না হল্লকপা উরম লাকঅমদেকো ?

( লান্মী মরু লুকনা চৎখ্রে, মুন্না য়েংহৌদুনা---)

মীগী মচাদি কয়া ময়ুমদা হল্লক্লে, কয়াম্তু লাক্লে, ঐগী

ইচাদি লাকপা কৌবা লৈত্রে---ইস---

(মকোক পাঙ্গনা ফমথত্নুনা) অহিংগী মংলান চুমগদৌরিব্রা--

( নিংশংবা )

চিংলেনগী মখোল---ইমা! নচাদি বোমগী মৈচাক্লা প্রোক প্রোক চাক্লে ঈশিং খিত্তা পিথকউবা ইমা!

সিজ---ঐনা—ইবুংঙো! করিগী মপান্দ লৈবি ইমুংদা থকও লাও ইমা ঈশিং লৌকগে।

চিংলেনগী মখোল---ইমা! নচাদি ইমুং চংবা য়াদ্রে। কদাঙ্গদগী ঈশিংনো ইমা?

সিজ—খোংজোম তুবেন্দগী শোক্লকপানি ইমা ইনগে সে—

চিংলেনগী মখোল— ইমা অসিদি মরৈবাকনিংবা অথোবাশিংগী ঈনিনা, নচা ঐগী ঈস্থ য়াওরবনি—থক্লরোইকো ইমা— ঐগী ওঝাবু থোকঙাক অশিথেন, মকোই ন্নুংওন চীংদা ঙাঙ্গরগা ওঝাগী মাং থানা চৎচরগেকো ইমা! নচানা ইমাগী সেবা মতোল লোম্মমদ্রে নচাবু ব্রারৌবিগন্নুকো ইমা!

সিজ—ইমাগী ইবুংঙো! ই—মা—গী চিং—লেন্—ইমা—দি মাং—লে—দো—( লেকথত্নুনা ব্রাম্থখে )

*Light Off*

৭ বা উংপা

# "খেব চাংথক"

পাওনাগী

অককৃপা মকোক।

মমাংদা লিশিং শামু থাংলেন থমলি।

সাহেবনাচিংবা সিপাই ময়াম্না কোঙ্গুহুনা
বজাই বেঙ্গুন খোংহুনা সলামি কৎলগা
লৈ খুজোক খুজোক কত্তুনা পাওনাগী
মকোক্ লৈতনা পুংকুপু কুপশল্লি !!

লোইরবা